# পূসীরোল শিদহিদাক

শেমগৎচবা —

**লাইশ্রম বেলমণি মীতৈ**

পোক্লফম—ল্লাঙ্খে থৌবালখোং

হৌজিক্কী লৈফম—ব্রহ্মারোড শিংজমৈ মখা নাওরেম লৈকাই

ফোঙজবা

**বেলমণি মীতৈ**



মমল—লুপা ৩.০০

লাইরিক ফংফম—

১। কাঙ্লৈজবুঙ খুবাক ময়ি য়েংফম।

২। লাইরিক য়োনবা দুকান পুম্নমক।




শোক ১৯৭২ ইংগী জান্য়ারী থাগী মেলাদা ফোঙবা

অহানবা খূৎনম কপী—১০০০

২শুবা ফোঙবা—১৯৭৪

কপী ১০০০

নম্ফম—মণিপুর গীতা প্রেস, শিংজমৈ বাজার, ইম্ফাল।

# ৱাহৌদোক

পুন্সিরোল শিদহিদাক হায়রিবা লাইরিক মচা অসি য়ুম অমা পানবদা থম্বদা কাম্নরবা, থমদবসু য়াদবা ওইনা লৈরবা, থমদ্রবসু মহাক্কী নিয়ম থৱনি শোয়দনা চংনবা য়াইবী থৱায়না পীবগুম্না, লাইরিক অসি থম্লগনা অমুক মপুং ফাবা অহেনবা য়াথং কংগত্রা হায়দুনা কোওজবা য়ুম্বানলোনগী মরমদা থজিকং কগত্রা হায়দুনা ইজবা খুংঙই অসে লৈবাক অমত্তা নত্তবা লৈবাক খুদিংমক শীজিন্নবা য়াগত্রা হায়দুনা কত্তবা, ইজবা মীগী মরমাই নত্তনা অরিবা লাইরিককী থর কং, ওজাশিংগী মতেংদগী থরা অমা কং, লৈবাকী সেবা য়াগত্রা হায়দুনা কোওজবা অচুম অয়াংবনচিংবা য়াওরবসু তাকপীগনি নীংজৈ।

উমং জঙ্গলগী হিদাক ময়াম অসে ইপা ইপুশিংনা অরিবা লাইরিকসু ইরম্মী। খুঙ্গাগী মাইবা ইশা ইপুশিংদসু তমজবদা তাকপীরকই। মশিনসু ইবা লোইবা নত্তে, মতুংগী চেনমদসু ইজরকনি, হিদাক ময়াম অসি শীজিন্নদুনা য়েংবদা কায়বনা নম্মে। হৌজিক মতমগী কবিরাজ আয়ুর্বেদশুসু মরি লৈনরম্মে। ইরিবা লেখক অসিনা মিউনিসিপাল এরিয়া ( খোইরম্বন্দ ) কাওক্কেবুংদা লোক ১৯৬৪ দগী থুবাক মরি য়েংবগা লোয়নবা য়েংজরকপদা মায়থিবা কংত্রি। মোংজু মুংশা খাক্তনা ত্রিপাল মচা অমগা শাতিন অমগা চুথুংনা লৈবাকী সেবা তৌজরি। লেখক মশামক্তি

মশাগী ক্লাস কয়া লৈজদে, ইবা পাবা থর খোকপদগী হেন্ন মহাক্না অশুক য়াম্না ইবদি রিসার্চ কদায়দা ভোই হায়বদা অহানবদা মণিপুর মৈতৈ লৈবাক্তা বেল মাষ্টর অমা ওইরম্মী, মশাগী চহি ১৮ দগী ২৭ কাওবা বেল খোংদুনা মাষ্টর ওইরম্মী, কলিকতাগী ম্যোজিক হাউস ট্রেনিং য়াওরম্মা। মশাগী চহি ২২ শুবদা মশা নাপ্পে। চহি ৩১ কাওবা কম্‌বা ঙমখিদে, মাগী মশাদা লায়না খুদিংমক্না ওন্ন ওন্ন নাখি, মাইবা ডাক্তরনা য়েংবদা মপা চান-না কবগী প্রমাণ কংখিদে। অদুবু ব্রেক অমা ওইনা তাকপীখিত্রা হায়নশু থঙ্গে, অদুনশু ওইবা য়াই, অদুমনদি ওইরবদা ইশাগী শাজেলগা বানা-শীংনা উবৈ-রাবৈ মরাম, অমিবা লাইব্রিকতগী কংখিদুনাশী জিন্নরকপদা খোইয়ুম লাইনা পীবগুম্না হিংদুনা মীয়ামগী সেবা তৌজরি। লেখক্না হায়জিনবা ওইরগশু ঐগী যাম্নগে ওইবা মীয়ামদা হংঙগশু থঙবীগনি। কৌজিক লাক্লিবা শোক ১৯৭২ অসিদা ঐগী চহি ৪১/৫০ শুজরে। অসি কাওবা ঙম্বনা চথজরিএ, থবক অসিগী মরমদা, মরম থঙবা পুক্লিং থোগৎপীরকপশিং—

১। পুলিস ইনস্পেক্টর শাজৌ কোৰা, নাওরেম লৈকাই।

২। ইঞ্জিনিয়ারিং ওইনাম তোম্বা, ব্রহ্মাযোত।

৩। ভাতোম কুঞ্জবীধু য়াংখৈ মৈতৈ লুচিংবা।

৪। কৈবুং মনিস্না নিংথৌ মচা।

৫। ব্লোক রেকপগী মরণ পাউজেলগী য়াইতর এম, তোম্বা শিংজমৈ।

৬। থৌদাম কোপেশ্বর উরিপোক য়াংলেম লৈকাই খোম্বে য়ালা।

অইবা—
বেল মণি লাইশ্রবা

# হীরম লামায়


| হীরম | | লামায় |
| --- | --- | --- |
| ১। | তায়াইমগী পাউতাক তোম্বদা লীবা— | ১ |
| ২। | নাগ্রিহৈঙদা ঙাকথোকনবা পুল্সিয়োল— | ১ |
| ৩। | উনশাগী লায়না (খো পোম্বা)— | ৪ |
| ৪। | থবাক নাবা— | ১০ |
| ৫। | ঈশিং মরি য়েকপগী লায়না— | ১১ |
| ৬। | মুংশিৎ অশাবা, লোক থুনাই, ডাইকডকী লায়য়েং— | ১২ |
| ৭। | খোঙ হাম্বা | ১৫ |
| ৮। | মুংশং পেরেঈকাপ্পা— | ১৫ |
| ৯। | ঈ শারৈ তয়েৎ লায়য়েং অমত্তনা য়েংবা— | ১৬ |
| ১০। | হুইনা চীকপা— | ১৮ |
| ১১। | খোইগী হু— | ১৯ |
| ১২। | য়াগি পোম্বা— | ১৯ |
| ১৩। | মৈমা পোকপা— | ১৯ |
| ১৪। | লিম্না চীকপা— | ২০ |
| ১৫। | খোঙঙ্প ময়ীদা থংবা, চয়োৎ হাবুংনা লাই শাবা, কিবদগী নাবা— | ২০ |
| ১৬। | তোনশিন— | ২৩ |
| ১৭। | অঙাং খোমককলাই চুবা— | ২৪ |
| ১৮। | স্বয় শামবা— | ২৪ |

| হীরম | লামায় |
| --- | --- |
| ১৯। তয়াইমগী পাউতাক— | ২৫ |
| ২০। অনাবগী হৌরককম, চয়া হেনবা— | ২৬ |
| ২১। মিৎথৌ— | ৩০ |
| ২২। লাইথোকপা— | ৩০ |
| ২৩। তায়াইমনা তোম্বদা পাউতাক পীবা— | ৩২ |
| ২৪। তয়াইমগা তোম্বগা থন্নবা— | ৩৫ |
| ২৫। মাইবগী মিংচৎ তোকপা— | ৩৬ |
| ২৬। চয়োল হয়েংতা নাখিবা থেংরোন তৌজিকৌনা এক্লে- | ৩৭ |
| ২৭। থোংলোন মাপলগী থুংলোয়োন য়েংবা— | ৩৮ |
| ২৮। অঙাংদা লাইকুপ থোকপা ফনবা লায়য়েং— | ৪০ |
| ২৯। ইশাগী শাজেল হিদাক নত্তনা... | ৪১ |
| ৩০। মৈতৈগী পুক শূবা, মালিস তৌবগা মান্নবা— | ৪২ |
| ৩১। লেচয় মতমগী হিদাক— | ৪২ |
| ৩২। তায়াইমগী পাউয়ৌ মতেক— | ৪৫ |

— — — —

# পুন্সিরোল-শিদহিদাক

## তায়াইমগী পাউত্তাক তোম্বদা লীবা

তোম্বা ইবো ! তাইবং অসে মপা অমা, মমা অমত্তগী মচানি হায়বা অসিমু য়ানরবনি, ইরোল চায়া খঙকগা মীরোল কোম্বা তমগনি হায়বা অসিমসু য়ানরবনি, ইশা কনবা হোৎনরগা কৈ-কাই শেমগনি, মথংদা লৈবাক শেমগনি হায়বা অসিমু য়ানরবনি। নারগা, য়ারগা ইশানা চৎকম্বা লমচৎ-শাজৎ, অচুম-অয়ান ওন্নঙক কমুংদা কাখৎলক্রগা ঐগী থম্মোয়দা লোইনা চঙলকই হায়বা অসিমু য়ানরবনি, অনাবা লায়থুং খুদিংমক অসে মচাকী মরু হৌরককমদি, থিবোং-থিরিন কৎকক্রবা, অপুম-অশা লৈরকপদগী নারকপনি হায়বা অসিমু য়ানরবনি।

## নাদ্রিংঙদা ঙাকথোক্লবা পুন্সিরোল—

অক-কন্ত চিঙ্খাক ঙাক্লা চাবা, পুক থন্না চাদবা, নোংমদা অমুক সুংদাংরাইরম অনিরক ইরুকবা, দুপা-দুপীবু তোয়না মরুপ সন্ন ওইদবা, চয়োল অমদা চরা নোংমা হেনবা, অমাংবা পন্দমবা হোৎনবা, অমাংবনা পনগ্রবদি অমাংশঙদা থেম্বা শংদোকপা অমাংবা লাক্রবদি লুমবু লুমবু শাবা ঈশিংদা চম্প্রা অমগী মহি শুমজিনলগা য়ৎয় পাইপ অমনা অমাংথোংদা থিংজিনলগা মহি অদো হৈবদা অমাংব শোয়দনা লাকই। জিলাপ, গুলি চাববুদি

অসুম্বা অমাংবা লৌথোকপনা হেন্না কৈ। অসিবু হৌজিক্না এনেমা তৌবা হায়না থওনরি। চযোল অমদা নোংমা চন্না হেনবা মতমদা থাওনবা, থন্না সুংঙাইনবগীদমক্তা চমফুৎ মহি থম্না থকপা য়াই। ঊশিং থশাবদা খোইহি থন্না হাপলগা গিলাস অচৌবা অমা থকপা য়াই। থন্না নিশা লৈবা, ময়াই কাবা পোৎ চাদবা, অঙুক্তা অমসুং হুংদাংবাইরমদা সুশিৎ অশেংবা কংথবা হন্না চাবা চৎপা। মশা য়াম্না ফবা মীসু শোকচিনলক্তনবা শীজিন্নবা। মশা ফত্তবা মীসু কদোরকনবা শীজিন্নবা। য়ুম ইংখোল নাম্না থম্বা, থাজবা লাই অমবু মতম অছুমক্তা নীংবা অহুম্না ওাক শেন্দুনা চৎপবু পূন্সিরোল কৌই। সুমিৎকী মওাম্না তাইবওপানবা মী যুদিংমক হিংহনবা ঙম্মী। হুমিৎকী মওানবু করম্বা মতমদা শীজিন্নগনি। অয়ুকী পুং ৭ তাবদগীনা পুং ৯ কাওবগী মওানবু ইশাদা থৈর-হনবা অমসুং য়াইবা ঊগী শরুক্তা য়াম্না কৈ, নারক্নবা মতমদা ইশানা তাক্তরু, মাইবা ওইরগা য়ানা-শীংনা, নাপী, ঊহৈ-য়াহৈনা হিদাক ওইরগা ঐবু ঐনা শেমজগদবনি, তাইবং পানবদা ফাও-রিবা হিদাক মাইবশিংনা শম্নোরকইবা লাইরিকশিং অসি পায়গা ইশানা শীজিন্নগদবনি। তোঙা ইবো, মপূ মহাক্না মীওইবা ঐখোয়বু শারকপদা হকচাং মশুং অহে য়াম্না শেংনা শারকই। মপূ মহাক্কী মদাক চৎপদসু হকচাং অহে শেংনা চৎকদবনি। মীগী অয়োইবা মতবদি থিংবা ঙমদে। পোলাংদা ঊশিং শোকপা য়াদবগুবনি। অপোকপনা নোংমু-নোংমগী সুংশিরকপা, শিখিবনা নোংম-নোংমগী কাক্তমকপা, অশিবা মীদা

লুংশিবনা তুংইনবা ওথবা, শিগ্রবা হকচাংবু লৈমিগ্রবদা অকিবা ওইবা, হকচাংবু থবাগী যুক্ষমনি হায়বা অসিসু য়ানরে। মপোকী লৌশিংগা, ভমগী লৌশিংগা, মপোকনা হেল্লি। মথানা ক্লাস লৈত্রবসু মহাক্লা তৌথোরকপা থবক কত্তরবদি মহাকপুসু লৌথংপিগনি। ইনাকখুনবা অমনা লায়েংবদা লুপা ২.০০০ চঙথি, অনাবা অহুসু কথি, লায়রবা অমনা হিদাক নিয়ম, য়ানা-শীংনা, শাক্রেল থঙজবদগী অনাবা অহুসু কথি, লুপা ২,০০০ চঙনা লায়রেংবগা মায়থি। লায়রবা ইনাকখুনবা অনি অমে চপ মায়থি। ইনাকখুল্লবসু নাপল তৌরোই, লায়রবশুবনা লৈগদবনি চাননবা হিংবা নত্তে হিংননবা চাগদবনি।

লুহোংঙমদাইদা কুঠি য়েংবা, যুম শাগমদাইদা দথা য়েংবা, পরিক্ষা মরাদা খুদাক মরি য়েংবা, হায়বা অসিসু চৎনরে, অনাবনা কংলক্‌পা মাইবী শেল হুনবা হায়বা অসিসু য়ানরে।

করে, অঙ্গদি হৌজিক নাদনবা পাইখে, বাহৈ পরেং থয়া মথক্তা হায়খিবসিনা তোঙ্গা নংগী পুন্সিরোল লাইরা ওইগদবনি, নাশিনপ্রগা করি চারগা করম্বা য়ানা শীংনানা কগদগে হায়বা অসিনা শিদহিদাক ওইগদবনি। শিদহিদাক পাম্বী উ ওইনা হৌগদবা নত্তে, লাইরা শামরগা পুন্সিগদবা নত্তে; ডাকথোকপনা পুন্সিরোলনি, উনা মথক থঙবনা লাইরা শিদহিদাকনি থঙজো ইবোতোম্বা!

তোম্বনা হায়রকই ঐ করিগুম্বা বাহৈ থরদং ডাক্তাইমগী মকথদা হারজগে। ডাক্তাইমদি য়াম্না অথঙ-অহৈ অমা ওইরক্লিবনিনা

ঐখোয়গী লৈকাইদা স্কুল অমা লিংখৎচরগে লায়েংবগী মরমদা ওব্বা থয়া ওইবিয়ুনে তাম্নাইমা।

অদুসু ঐ ওইবা ঙমলোই তোম্বা। মরমদি ওব্বা ওইবা হায়বা অসিদি বিদ্যা মপান-নাইরবা, মহৈদা মপান নাইরবা লৌশিংদা মপান নাইরবা, মরলদা মপান নাইরবা মীনা ওই-গদবনি। ঐদি মপান নাইদ্রিবা পোৎ অমনি, ঙমখৎলকইবা ছাত্র অমগুম্বনি। ঐনা তোয়কপা থবকপু ঐনা নঙোন্দা লমজিংবনি। ওব্বাদি তাইবংপানবগী মপুনা ওইগদবনি। চুম্বী, অদুবু হৌজিক্কী মতম অসিদদি লমজিংবিরিবা, পাউতাক থয়া পীবা ঙমলিবা অদুবু ওব্বানি হায়নরি। করে, অদুবু ইবানিগী য়াকম অসি তোকলসি, ঐনা নঙোন্দা উপাগী লায়নাগী চাং য়েংউ হায়বদো য়েংঙব্রা? মতৌ করম্না য়েংঙি হায়য়ু তাগে।

উনশাগী লায়না—

তাম্নাইমা ঐগী মুপী অদো ওইথংবা খোদা নোংম-নিনি পোম্লপা য়েৎথংবা খোদা অমুক হোংঙক্রুনা 'পোমলে, ঐনা মথন্তা কজখিন্নি„ থবকনা থবক চিন্দবনে হায়দুনা লায়থোকউবদগী মুমিৎ ৬নি তুবগী মুংদাংদগী য়ামনা চীকই হায়রে, ঐনা য়েংবা মতমদা অপোম্বা অসি মপুং ফায়ম্লে, কক্কনবা ঙমগনি হায়বা থাজদ্রে; নাই ওইনা পুখোকপনা ফংদ্রা হায়দুনা থল্লি অদুমকপু ঈশিং অশাবনা হিগা য়ৈহল্লি, অরোইবদা অঈংবা ঈশিংনা য়ৈহল্লি চীকপদু তাহাক মিনিট ৫ য়োম কৈ। মিনিট ৫ গী মতুংদা অমুক




অপোম্বা

হেক্তা চীকই, ঐনা অমুক থল্লি। মহাক্রা ঙাইহাক ঙাইহাক পোথাবা অসিনদি অনাবা অসিনা থর-থর হৌরকপদা ঈশিং অশা-অইংগী হিগা ওয়-ওয়না তত্তনা য়ৈরম্লবদি শোয়দনা করমগনি হায়না প্রমাণ ফংই। অদুবু হৌজিক্কি নাই চাবা তারে, অদুবু ঐদি অপোম্বা য়েংবা ডাক্তর অমসুং কবিরাজ অমদি নত্তে, কবিগুম্বা কত্ত-মুংম্বা থোক্লবদি নীংঙমহৌরোই, অদুনদি ঐগী মরূপ অপোম্বা য়েংবা অমা লৈ।

মহাক কৌহ্লনা তাম্নরগা য়েংবিমরগে খল্লি, ঐহাক্না মতম অহূদা অপোম্বা য়েংবা মরুপ অহু কৌহুনা য়েংহল্লি। মহাক্না হায়, অপোম্বা অসে য়াম্না লুবা জাগানি অনাবা অসে মুমবা, নাই লৌথোক্লবা হোৎনরিবৈদা অপোম্বা অসিগী মনিম্না থনাও মশুংদা খুজম্নকুনা তিন য়োৎপদা নারকপা, চাক-ঈশিং চাবা য়ারক্তবা, পুক্তদি লাম্বা চকমদি য়াওরক্তবা মরম্না অনাবসি শোরনীংঙাই লৈ, অনাবদি হোস-পিটালদা পুরগা গ্লুকোজ কাম্না নক্রগা নাত্তোন্দা শঙোম হৈবন-চিংবা তৌহুনা মাগী চকম মপাঙ্গল ওইনা থম্নগা অপোম্বা অসি থুনা মুমবা হিদাক তৌগদবনি অহুগা নাই কায়গদবনি অম্নম হায়বা য়াকমগী বা অসি তাবদা ঐগী কোক্ত। সনচৌংনা ননবগুম থোক্লে। মরমদি হৌজিক হোসপিটান্দা লৈবা তাব্রবদি ঐনদি মীরোন লৈতবনিনা অঙাং মরি মতা অসিমু কোনবিনবা লৈতে, পৈশাম মনা অমত্তা পায়দে, লারবা অমা ওইবনা অনাবা অসিবু শিবা তারত্রা হায়না খল্লুবদা কোক অসি চৌংনা ননবগুম র'ম। ঐনা অপোম্বা য়েংবা মরুপ অহুদা হায়—ক:র মরুপ মরুপনা চথাগদবা থবক চথবীরম্মু ঐহাক হয়েং কাওবদা খঙ্গমবিগে। মহাক্না মনগী ঘৌদা রুম ৮ না তৌন্দুনা মোলোম ওইনা শেল্লগা তৈরম্মী। মসি তত্তুনা তৈমু অহুগা ঘৌগী বর্ত্তি অমা তারগা মহুগী মৈ অদো তোয়না য়াইথীমু হায়রম্লগা চৎখ্রে, অহুম ঐনা কায়দনা চথরি. ঐনা অমুক করি খল্লি, তাম্নাইমগী য়াকম থম্না নীংশিংলকই। "তোম্বা ইবো, মীওইবা হায়বা অসিদি করি অমত্তা চাত্রবদা মুপানা মুমিং ৭ নিদা শি. মুপীনা মুমিং ৯ নিদা শি, ঈশিং থম্না; হিদাক মহি থম্না

থক্নুনা লেপ্লবদি মতম শাংনা খেনবা য়াই" হায়বা য়াকপ অসি নীংশিংহনকই য়াহৈ অসিনা ঐগী অয়াবগী মতেং থয়া ওই। নাহিবা মুপী অসিদি মুংদাং ওইরগা বন, ইরোই খোংবগুম য়ুম-য়াইদা চেন্দুনা অনাবগী মৈচাক্ থাওবদা খেংবা ওমদরে, ঐনা হায়, মুপী নং অসে ঈশিং গিলাস অমত্তদি শিরু-শি চওম-চও হায়রুনা অমুক্তা থকউ হায়রুনা ঈশিং গিলাস অমা পী. মুপী অচুনা অয়াম খোয়াংবগা লোয়ননা নমদুনা থকই। থনাওদি য়াম্না নাই হায়, ঐনা অমুক হন্না গিলাস অমম্থ পীপল্লি, অহুমম্থ থকথরে, ঐনা হায় মুপী নং শিরোই, শিরবদি ঐ শিংগে কম্মুংদা ডাহাক্তং পোথাও হায়রুনা হিপহল্লে। মতম অচুদা ঐনা অমুক থল্লি, অনাবা হায়বসিদি পূক্কগী হোৌবা ডাক্তনিকো, মপুক্তা কাগে নীংহুনা মহাক্কী চাকথাও ওইবা পুক্তা থুং তপনা, ঈংনা ফাবদা অনাবা অসি মিনিট ৫ য়োম তুমথরে, ঐনা অমুক থল্লি, মতাংমু চারবদি মৈতৈ মাইবক্কী পূক শুবা হায়বা অসি কয়ামরুম কাম্নৈ হায়বম্থ থুদম ফংই, অনাবা অসিনা মিনিট ৫/১০ ম্থ তুমলে, ঈশিং গিলাস অনিম্থ থকথরে, মহাক্কা মিকপ থোয়কপদা অনাবগী থাওবদা মপাঙ্গল থয়দি পীরগনি অম্তুম হায়না লায়কম্নবদা ঐম্থ অরা কোক্কে, মোং ডাক্তগা অমুক পুং ৮।৯ ডাবা মতমদা ঐখৌ ইনাও ওইবা ডাক্তর অমা অনাবা হংবগী মোহ ওইনা লাকই. মতম অহুদা ঐনা হায়, ইনাও ইবুংঙো, পোম্নিবা অনাবা অসি মতৌ করম তৌরগা পোথাবা, ফবা ওইগদগে হংঙি, ইনাও ডাক্তর অসিনা অপোথা অসি

পায়দুনা য়েংঙি, অদুগা হায়রকই। তাদা, মসিগী অপোম্বা অসিদি নাই য়াম্না কৈরে, এঁহেক্তদি থুৎলাই লৈত্তে, হোসপিটালদা পুম্নগা থুৎলাইনা লেনথায়দুনা নাই অসি লৌথোক্লগা পেনিশিলিন কাপলগা মরাইনা কজনি হায়রম্লগা চৎথরে, হোসপিটাল পম্নকপদা রাথল হেক্তা রায়, মরমদি লায়রবগী অত্তাং য়াম্বগনা নোংমা নিনি কাইদুনা লৈরুগনি থনবগা. মতম অসিদা তায়াইমগী রাকম অমুক হেক্তা নীংশিংঙকই, তোম্বা ইবো অপোম্বনা কৈনৌ শংমুম্নবগুম্বা তাংলি তাংলি তৌরিরৈত্তদা চীকপা কনবনি হায়দুনা থুৎলাই থাদুনা লৌথোকনু, মদুদা অতম তান্দুনা লৌথোকপা তারবদি অনাবনা মপুক চঙম কাদবনা পাথৎপা য়াই, অপোম্বগী চৈনানা কনবনা অনাবা অদুগু শোয়নীংতাই লৈ, শোয়ত্রবগু মহাক্না হয়েং কররু-বদা কুইনা চত্তহি, লায়জৌগলি থত্তত্ত, অনাবনা তাইফেৎ তাইরক্লবা ঢৌরুনরবদা অনাবা অদো মুল্লে থদ্দো। অনাবা অদুগু সুংদাং তূম্বা য়াইকনি, অনাবা কত্তবা পুথোকপা লোইরবনি, ঐ অদুগু শিবা লোইরে, উনশা অদুগু শিবা লোইরে অদুবু থুনা মুম্নলবগীদমক্তা মোলোম তৈত্তদুনা মৈ য়াইনরিবনি। মতম অদুদা থাবা থাত্তদি অনাবনা চৈনাখোল লৈত্তনা নাই লৌথোকপা য়াই হায়বা রাবম অদু নীংশিংঙকই। ইনাও তাক্ত রনা হায়রিবা মতম অদুদগি অনাবসি শংমুম্নরি, ইনাও তাক্তরগী অহংগু কবা য়াই, ঐনা লৈত্তবদগী য়াজবনি, তায়াইমগী রাকম অদু নীংশিংনয়ক-পদগী ঐসু অরা পোথাই, কাংলম থত্তবা জ্ঞান কংঙি, অনাবসি

মুন্দ্রিবা ফাওবা নোংমা নিনি লৈবা য়াখিগনি হায়না ঐনা নীংঙি, অনাবা অসিনা নারিঙৈগী মনুংদা করি করি থোকই,—অপোম্বা অসিগী মনিম্না মপুক্তা চক্ষম ফাদবগা লোয়নননা লাইহৌ নিং-থম চনবা শাগৎপা য়ামনা ঙোই। লাইহৌ তৌরকপা মতমদা অপোম্বা চীকতে, অপোম্বা চীকপা মতমদা লাইহৌ তৌদে, মসিগী খুদম্দি অপোম্বনা মুংশিং চেখাইরকপা অদুনা লাইহৌ ঙৌবনি, অদুনা অপোম্বদা চিক্তবনি, অপোম্বদা লাইহৌগী মুংশিং চঙ্খ্রগা অপোম্বা চীকপনি হায়বা প্রমান ফংখি। অমুক অমুক লাইহৌ ঙৌরকপা মখোঙ অত্র থুকউ য়োবা ফাওবা ঈংঙি, ঐনা বাটার বেগতি লৈতবনিনা নিকন্দা ঈশিং অশাবা হাল্লগা মখোঙদা ওম্মী অমম্মং থম্মী অদুগা মশা শাগৎলকই, ছুমাং পাখৎলকই থবাক মমুং চাকই, হায়রকই। ফৈজুপ হাই লোরকই, মতম অসিদা ঙায়াইমগী রাকম নীশিংলকই, ঐনা লবর ঙোংকৈজেদি লৈতবনিনা খুজাই অমা পায়রগা চাইশেন্দগী ঈশিং অঈং-বা কল্ল-কল্লদুনা অনাবগী লোরাই লেম্ফুদা ঈশিং অদো তপ্পা তপ্পা হৈ ঐনা অনাবদা হংই, নং থরা ঈংত্রা থবাক্ত চাকপা ফত্রা হংবদা খোয়দৌ ফাওবা ঈংঙি হায়, অস্তম হায়না মিনিট ভমারোম ঈশিং হৈবদা অনাবা পোখাই, পূংখাই মরুম তুমখি, মতম অদুদা ঐনা থল্লি, অনাবা হায়বসিদি ডাক্তর মাইবাবুদি ফমশেন্নবা মীনা কাঙলন থঙবনা হেন্না কৈ হায়বা থঙখি, লাইমকনা পীবা শুম লৌশিং অসি ফংখি, অসিগী মতুংদগীদি অপোম্বা অসি মমুঙ ফানা মুলাক্লে, উনশা অদো ঙৌরোক ঙৌয়ক্লে অনাবা পুথোকপা

লোইরে, অহিং তুম্বা য়াব্রক্রে. ঐগী মরুপ কবিরাজ অসি লাকলে, অপোম্বা অসি থাওনা খজিক্কং শোকপদা নাই গিলাস অনি রোম থোরকই, নাব্রিবা মী অসি কব্রিমত্ত রাদে. নাদে অপোম্বনা মুল্লগা কাইবনিনা। অপোম্বগী মখুল অহোবা অদুদা লংগুং থিংজিল্লগা থম্মী অদুবু পোরোং হুকপা কোই। পোরোং অদুগী মথক্তা কি অপাবদা ঘীগী রস ময়াম তিন্দুনা শেম্বা মোলোম নপ্পী, পূং অমমম নৈরগা কাইথোকই। মুমিৎ অদুদগী অনাবা অসি কব্রকদে. চাবা থকপদি খা অমা কাওবা চিঞ্জাক ভাকহল্লি. অপোম্বা অসে দাককম ময়ি নৈতনা কখি। ঐগী মরুপ কবিরাজস্থ মায় পাকখি। তাম্রাইমগী পুন্সিরোন শিদহিদাকী নিয়োমস্থ কাম্রকম খণ্ডখি, তাম্রাইমা।

**থবাক নাবা :—**

ভোম্বা ইবো ধাতু মুংশংগী মুংশিংনা থবাক নাবা খাং য়াংলেম চৌকপা অদুদি য়েংঙব্রা॥ পাউথুম। হোয়, য়েংঙরে, ঐহাক অসে খা অহুম থবাক য়াম্বা নারম্মী, হাই-হুম্বদা, থবক তৌবদা রাইচিন-খনজিনবা ওইনা তোই, মতম অদুদা ঐনা খল্লি. ঐগী থবাক নাবা অসি ইকৎ কত্তে। টি, বি হায়বা অদু ওইবিগত্র হোস-পিতাল্দা চৎলগা এক্সরে হায়বা যন্ত্র অদো য়েংঙু সিন্না খল্লি, অদু-মকপু তাম্রাইমনা হায়বা পুন্সিরোল শিদহিদাকী নিয়ম অসি অমুক্তা য়েংখিগে হায়দুনা য়েংঙি। ঐনা অয়ুক য়াহৌরকপদা চনম মনাও অনা শেংনা মকু খোক্রগা থুবাক মরাইদা হাল্লগা থুজিমা কুপ্না শিকায়রগা ঈশিং য়াউব অমগা য়োহনি, লোংঘদা

অনিরক চায়, মুংশাংরাইরম অমুক্কা চায়, মসিনা পুমিৎ ৮ নি (হাপ্তা অমা) চায়, অসিগী মপুংদা অমুক অমুক মুংথিল অমুক পুথ্রিদা কুমডুনা মিনিট ৫ | ১০ ভত্তনা ঈরুবৈ। হকচাংবু ঈশিং ভীংভি, তায়াইমনা হকচাংগী মপুংদা ঈ ফত্তবা লৈরকপা চেষ্টোকপা ওম্মত্তবা, মচিক পোক্কদবা, লোক লাক্কদবা লৈরবদি চনমনা থুগাইবা, ঈ চেলকনবা ওম্মী হায়বা অডুম মপা লৈতনা ফথি। চাবা চিঞ্জাক্তি মহু মরায় কনবা এঙ্গাং চাথিদে, চনম হায়বা অসিদি মশাদা অনাবা লৈতবা মীনা চারবদি হকচাং য়াম্না শোকই, মতিক ময়ায় য়াম্না কল্লি, য়াদা উমবদা চিন-লৈ পোকই, মৈ চঙলবদি মহু মাঙভি, কাউই, এঙ্গাং থোংবদা থাও ঙৌনডুনা চাবৈ, হিদাক্কীদমক্তদি হিংনা চাগদবনি।

ঈশিং মরি য়েকপগী লায়না—

তোম্বা ইবো, ঈশিং মরিগী লায়না অডুদি য়েংঙব্রা ? অহোই, ঐহাক অসে ঈশিং চৎপা মতমদা য়াম্না য়েক-য়েক্কুনা চৎলম্মী, ঐনা মতম অমুদা য়াম্না বাক্তে, মথোয়গী নুং হায়বা অদো লৈরব্রা থল্লি, মতম অদুদা তায়াইমগী য়াকম অডু হেক্তা নীংশিংঙকই। ইবো তোম্বা, ঈশিং মরিনা য়াম্না য়েক-য়েক্কুনা চৎলবদি নুংচাক ওইরিবৈগী মনুংদদি লায়য়েং অসিনা ওমগনি, নুংবী ওনথ্রবদি খুৎলাই নত্তনা ওমলোই, নৌরিবৈদা কননা হোৎনগদবনি হায়বা অদো ঐনা চথৈ চাবা ঙাকই লফু চাদে, ঈশিং ইকাইথবী চাদে, থাংজিং চাদে, হেক্তাক চাদে, কংনা ঙৌবগী এঙ্গাং অসি অমত্তা চাদে, শঙ্গোম মৈ চঙবা চাদে,॥ শঙ্গোম অহিংবা ঈশিং য়াল্লগা

থকই, য়েনম নাবুপ্পীগা থবীগা মুম্না চমফুৎ ফুৎলগা চিনি অঙোবা হাইরপ থাক্লগা চায়। চাকা এঙ্খাংগা এঙ্খাংনা নম্না চাক, অমুক অমুক মুংদাংবাই অমুক ফুট ২ য়াংবা থূদেংদা ঈশিং অঙৈংবা হাপলগা ঐনা ফম্মী, চনীং ঈশিং ভীংঙি মিনিট, ৫ | ১০ লোই-রগা থূদেংদগী কাখৎলকপদা ঈশিং মরি য়েকপা কৈ অদুগা ঈশিং চৎপদা ঈশিং মরি য়েকপা কৈ, নুংচাক অদো থাইদোকপা ঙম্মী. নুংচাক অদুদি মাঙদে, থৈদোক্কুনা লৈখি, চনীং ঈশিং ভীংবনা ঈশিং চৎপদি মুংঙাইহল্লি, অমুক অমুক হোই, নুংচাক তানখোক্লবগীদমক্তা লমকায়োৎ মরু অমবু নূংদা তক্লগা ঈশিং থরা হাপলগা মহি মচুম অদো চামচ মরি মঙা লৌরগা গিলাস অমদা হাপলগা. চুক্তো মহি গিলাস থাংৈঙগা, লবুক্তা হোগনবা মনম নম্বদা হাকথি থনবা নাপী ( হাকথি থনবী হায়না খঙৈ ) অদু কুপ্না নূংদা শুরগা ঈশিং থরা হাপলগা মহি অদো লৌরগা পূম্বক তিনশিন্নরগা অমুক অমুক্তা থকপদা থুৎথক অনি অহুমলক থকপদা ফদোকখরে তায়াইমা। ( থরি মচংগা হৈরবোপ মহিগা মপুংদা লিকোন থাদরগা থকউ, নূং তাই )।

## নুংশিৎ অশাবা, লোক থুম্লাই, ডাইফডকী লায়য়েং –

তায়াইমনা তাকপীখি মতম অমদা, শোক ১৯৭১ গী মমাঙদা হৌখিবা চহি ৩০ গুম্বদগী লায়না অসি লাকই, লায়না অসি লাক্লে খঙদ্রিবৈদা থাইনগী লায়য়েং য়েংদুনা হোৎনবদা মশীং থিবা ঙমদনা শাখি। থাইনগী লায়য়েংদি করিনো হায়ববু নারিবৈদা চাক চাথা য়ানবা কয়া হোৎনৈ, ঙমুগা য়েংশিল অশিনবগা

খোংঙ্গা পীজৈ, শঙ্গোম মৈ চঙবা পীজৈ, লফু শিংজু পীজৈ, চুহি শঙ্গোম চাক্কা তোংলগা পীজৈ, হায়রিবা পোৎশিং অসি চাবগু য়ারবদি হেক্কা কৈ। অঙৈংবনা অয়াম্বা নামরম্মী। অদুবু অরুম অপুম্বা নিংথম চনবা হায়না কৌই। হোসপিতালদগী কোইনিং মহি অথাব ঙাৎ অমা থকনরম্মী অদুগী লায়রেং অদু য়েংজুবদা মী চাম্না শিংখি। অস্তম হায়না প্রজা পুম্নমক য়ায়রুবা মতমদা খোংযুম লাইনা থারকপগুম ব্রম্ম দা লৈরুবা অহন মীয়াই চনবা মীতৈ মাইবা অমনা ঐখোয়গী মণিপুরদদু মুংশিৎ অশাবা য়োরকলে, অনাবা অসি লোক থুম্লাইদগী হৌবনি, মসিগী লায়রেংদি অসুম্না য়েংগনি তাকপিরম্মী। অনাবসিগী অহানবদা নিংথম চন্দুনা চেঙ খেবগুম নীকনি, মমৈদা মশা অদো মৈগুমনা শায়ক্কনি, থবাক চাকএ, পুক শাউগৎলে, কোক ঙাওরে হায়রকনি, মতম অদুদা বালটিন অমা ঈশিং হাপ্লগা কাল অয়াংবা অমগী মৎক্কা থম্মু লবর পাকৈপ অমনা ঈশিং অদো চিংথরকউ, মানা ঈংঙে হায়দ্রিকাওব মহাক্কী লয়াইদা ভাহল্লু, ঈংঙে হায়রবদি তোকলো, অদুগী মতুংদা শিং মহিমে, রাম তুলসী মনালে মীতৈ তুলসী মনালে, খোইাহনে, উচান মচী হুকলগা পিলাপ থাঙতৈ থাংতৈগী থকউ, নুং অমমম লৈরগা মহাক্কা ঈশিং খোয়াংলবদি ঈশিং অশাবা গ্লাস অমদা খোইহি চামচ অমগুম্বা কাপলগা পীথকউ, লোয়াই শারে হায়রবদি চেঙ মহি চিংহি অদু কিজেৎ অমদা লূপলগা লয় ইদা তোয়না হাপ্পু, চাক পীজবা য়াম্নোই, চাকশি মতম অদুদা হুান, চাকপু পুমনমগা যু লোই, যু অদুদা

মৈ চুরগা হোই, পুক অদো, থবাক অদো মৈশা মৈরিথৈদনা চাক চাবদি চাক অদো পুম্মী. য়ুগুম্মা থাও ওইনা মৈ হৌখিগনি চাকথাও শাবদংকনি, অনাবা য়েংবা য়ারোই. মৈগী অাং অমত্তা চারোই, পুক্তা অশাবা মৈরিথৈদ, মৈ হাববা অসিদি এসিড কুমনি. এসিড অসিদি মৈদা তংবদা মৈগুমনা শাগি, মানা ফিদা তারবদা ফি শাবদগনি। মৈ অহুনা পুকমুংদা চাকথাও তংকনি. অনাবা য়েংবা য়াবরোই, লফু চাবা য়ারোই, গুমুগা যেনশীলগা থোংবা চাবা য়ারোই, মৈদা তৌবা শঙ্গোম চাবা য়ারোই, শঙ্গোমদি মৈদা তৌরবদি নুংনি, অহুগী প্রমাণদি শঙ্গোম অকম্বগা কেরোসিনগা চুহিগা থিংলগা কোন অহোবা কোংপা য়াই, নুং চংতি অহুনা অকনবা চাবা তুমদবা পোংশিং অসি অমত্তা পীত্রবা য়াদে। চেংপাক ঈশিং লুপলগা পীত্রবা য়াই, চবোল পীথকপা য়াই, থোইহি ঈশিং অশাবা তিল্লগা পীথকপা য়াই।

অনাবগী মশা শোউদা অহুম নত্তগা মথা পোমথোকলমগনি, ঈশিং, মুংশিং, চাকথাও, উনশা, তোংশা, ঈরি ৫ অহুগা শীংলী মগা অহুনি, পুকমুংদা মৈ, ঈশিং, মুংশিং, থোকচং চুমলক্তবা থিবোং থিরিন্দা, অপুম অশা মৈরকপনা মীদা চীকপা কাকৈ অক্লনবা মথং মাগ্না অহুম নত্তগা মথা মৈগন্নি। অহুবু শোউ ফুগ্রি থোকই হায়না চংনরি। মহু কাকয়েন থুজিল হাববা তিম্মং অক্লনা থরা থরা মতোন্দ হন্দুনা ঈ থরা থরা লোথোকলগা লোংমাংথা মনাগা কেরোসিনগা অচাথাওগা তিনলগা চাপ্পদা মপা মৈতনা মৈ। থক্লগী মুংশিং তারকপা তম্মী, অনাবা



ওইবা থেকপা, য়েন্তা থেকপা, মমিত্তা অচৌবনা শীনবা, মমা কোকোল কাবা, স্বর থিংবা, করকপদা মাইথী লোন ডাওগনবা, লৈকাইগী মী পক্কা মা ডাওগনবা, মমা মপানা মীনা যাদ্রু ভৌরবোই থনগনবা, অসিগুম্বা লায়না অসি কেগে অতাওবা মনা পুবাম অমা ওইরবস্থ লাংথৈ্ মতোম্মা ওইরবস্থ থুৎনা পায়রগা মমায়রা, মশাদা তপ্পা তপ্পা ফুজিন্নু, নানথৌ, অনাবনা শাউরকলি, অনাবগী মথুৎনা কেগে অতাওবা অহু মুন্দুনা শেগায়রগে কোয়রংকে ভৌরকপগা যাক্লগন্নু, দম নমহনা ফুজিন্নু, মহাক্না জ্ঞান ভায়রকপদা ঊশিং থুকে

হায়রগনি, ঐশিং পেন্নবা পীথকপা য়াই, অতুগী মতুংদা খোইহিপা। ঐশিং অশাবগা অমুক পীথকউ, মহাকী থজিন অদো খুৎনা কাদবীগনি, অঙ্গম হায়না মাবু শেন্নবিগনি, মুমিৎ নিনি হুন্নিস্থ পঙথগনি, মসিগী লায়নাসি মুপীদা অয়াম্বা তৌগনি। ভাক্তরনা য়েংগন্দে, মৈতৈ মাইবনা য়েংগনি মানা মখোঙ মথুৎ তিংখোকপা, থেকচিন্নবা লাক্লগনি, থেকচিনবা য়াবদা জ্ঞান হেক্তা ভাগনি, ঐ মচেন চুমদবা নোংলৈশুম্না লৈনা লৈনা চৎপনা ঙাওনা কৈনা নাবনি, মতম শাংহনি, অমুকস্থ কৈ, অমুকস্থ থৌগনি, মাইবা মায় পাকন্দে। অদু ওইহ্লনস্থ শাজেন, লায়য়েং অসিনা শোয়দনা কগনি, মুংশিৎ চাউগদবা চিক্লাক অমত্তা চাবা য়াদে, খোইহি ঐশিং অশাবা য়ামন্নগা নোংমদা অনিরক থকনি, মানা য়াহৌরকপা মতমদা কেগে অঙাঙবনা কুগনি, লৌবাইদা চেংহি মহি তোয়না হাপকনি, লৌয়াই শাদনবা, মখোঙ মথুং তিংখোরকপদা কোনশিন্নবা লাক্ল-গনি, থুদোম্বীগা থুবীগগী কায়ক্তা থুবীনা নমগনি, ফদোরকপদা ঐশিং অশাবনা ঐরুজগনি অঙৈংবনা থাদোকনি, তাকপহ তৌবদগী কল্লে।

**হুইনা চীকপা—**

নোংমা অঙাং অমা হুইনা চিক্লম্মী। মাগী মখোঙদা য়েংলগা অঙাং অসি য়াম্না কপ্লম্মী, ঐনা য়েংবদা য়াথুন অনি লৈরম্মী, ঐ থম্না থোকই, ঐনা ভাযাইমগী য়াকম অত্তু নৌংশিংঙকই, মতম অত্তুদা মহাকী মনাক্তা অয়াথবী পাম্বী অমা লৌই, ঐনা অনি হেক্লে, অমনা মৈদা লুম্বু লুম্বু শাহন্নগঃ হুইনা চীকপগী য়াথুন অহুদা হিপা মৈরঙম্না নম্মী অতুগা অয়াথবী অমনা মকু থোক্লগা

মগুং ২ পীজে, অত্থ লোইরগা লৈন্নুংদা চৎপা অরাথবী মরা অদো হূই অমা শাংবা অমা কুপ্না শুগাইরগা থোম্মী মথক্তা ফী য়েৎ-শীল্লি, ঐনা অতাংগী মমা মপাদা হায়, অতাং অসে নোংম-নোংমগী অরাথবী মরা অসি শুগাইরগ' থোম্মু, মুমিৎ নিনি হুল্লি কাওবা অরাথবী অসিনা নোংমগী অয়ুক্তা মগুং অমা, মুংথিলদা মগুং ৩ অসি থা ১ ফাওবা চাও। অরাথবীগী মগুণ অসিদি নৈদা কাবক কাবক লৌরগা হূইদা পীজৌ, মুমিৎ নিনি হুল্লিদা মরা কেনবনি অচুনা হূইগী হূদি অরাথবীনা ওম্মী, থওও্ হায়রম্মী। থা ১ লৈরগা ঐনা হংবদা অতাং অদো কয়িম্থ তৌদে হায়রে তায়রাইমা। (উতংগী রানৌ শুগাহরগা হূইনা চৌকপা মফমদা থোম্লবস্থ হূ চমই।)

## থোইগী হূ—

ঐনা শম্থি শেংবদা উথোং অহোবদগী থোইবীনিংথৌ পাই-থোরক্কুনা থূক্তা চৌকই, ঐনা হৌরাই কালিন্দ্রি মনা অদো থুবাম অমা হেক্লগা শুগাইরগ্া মহি লৌরগা কংও তৈরম, কংঙ তৈরম তৌবদা ফগ্রে।

## য়ারি পোম্বা—

য়ারি পোম্লবদি কারমাসিদা য়াওবা গুলি শেরিদোন হায়বা অদো য়াদা উম্লগা অপোম্বা অচুদা লৈমা ইনশিল্লু, থুদক্তা চৌকপা ফবনি মহি ওথোরকনু, য়োৎশনথো, হম্না হমা তৌ হেক্তা কথি।

## মৈনা পোকপা—

তায়রাইমা ঐগী অতাং অমা নিংথমথাদা নৈ তীকপদা মৈনা থাময়ক্কুনা মখূৎ অঠ চাকই, অতাং অসি শামহুনা কপই, ঐনা

কেয়োশিন পৌরা ২ য়োম পাত্র অমদা হাপলগা মথুং অদো লুপশিন্নি. মতুংগী ঊংথয়ে। অতাং অসে কপতে মথুং অদো অমুক শং-কংলি, তাইহাক লৈরগা অমুক কপই, ঐনা ঊশিং অঙাংবা চাই-শেল অমদা অমুক লুপ্পী য়াম্না ঊংতৌ হায়, অমুম হায়না পুং অময়োম শায়বদা মৈশা কোকখি, অতুগী মতুংদা য়েরুম অমগী মমুং তৈ-শীনখি, ঊনশা চাকখিবা অদো শয়োন চিংথংনবগীদমক নোংমা নোংমগী য়েরুম অমমমথক তৈখি, ঊশিংদি ঊ চায়. ঊশিংনা থৈ মুংলি, মৈশা কোকপা তম্মি, য়েন মরুমনা শয়োন চিংথংপা তম্মি, ঊনশা তাইশনবা তম্মি হায়বা অসি থতখি, তায়াইমা।

## লিক্লা চীকপা—

তান্নু মচা ওইরবত্র য়েন মচা ওইরবত্র মাগী মশা অদো থাতনা থজিকং মাংলগা লিক্লা চীকপা মথুন্দা থম্মদা য়েন মচা অদো শিনা তায়ক্লিবদি হু লোইখ্রি, চতনা তায়রুবদি হু লোইরে থততো, শিনা তায়ক্লিবা মথে য়েন মচা অনি থতদে অহুম থতদে মপকদবনি।

## থোঙঙ্‌প মরীদা থংবা, চয়োং হাপুংনা লাই শাবা, কিব-দগী নাবা—

নোংবন্সী পুমিংতা পাথং মচা অনি লায়রবগী মচা ওইবা য়ামনা কিপনবা, মখোয় অনি সিনেমা য়েংমিমৈ, মতম অদুগু থামনা মম্মী, নোংন্থ থিংলি থিংলি চুই। পুং ১০ দা মতুং পুংলাংদা মখোয় অনি মুমদা হনখিয়রকই, মখোয়গী থুদং য়োয়কলে মখোয় অনিগী মুখ অসি মাইল অময়োম লাপনৈ, মখোয় অনিনা

হায়নরকই, ভার নগুনা ঐবু খরা থিনজিনম্মু, অমজুনা অমুক হায়, নগুনচুম ঐবু খরা থিল্লু, অস্থুমনা ইমচুনা লৈনৈ। মমৈথংদদি কায়রোই খন্দুনা মহাক্কী মরুপ অমা অদু মমুমদা চেনশিনখ্রে। লৈহৌরিবা মরুপ অদুগী খোক্লঙবদি, অঙতাইদি খন্দুনা ভুমিনা মমুম ভামা লাকই। মহাক্কী য়েং থংবগী খোঙচুপ মরি অদু নাম্থোক্লকুনা খোঙথাং খুদিংগী খোঙচুপ্তা ভাক ভাক লাউনা ফুই। নিপা অসিনা খল্লি ঐগী তুঙদা লাকলিবা অসিবু কনাগো হায়জুনা হেপ্পগা য়েংবদা কনাশু অমত্তা ঊদে। অমুক খরা চৎলি খোঙচুপ মরিনা খোঙচুপ্তা ফুবা মখোল ভাক ভাক লাউবা তায়, মতম অদুদা নিপা অদুগী স্বভাবতা ঐনা চৎলগা চৎলি, ঐনা লেপলগা লেপ্লী, মহাক অসি লাই ওইরম্বা তারে হায়দুনা খল্লুবদগী কোকচাওবী কাখি। মহাকনা পরপ পরপ চেল্লি খোঙচুপ্তা মরিনা ফুবা খোম্থোক কুংনা পী। ভাক ভাক লাউনা পী, তায়রক্লে খল্লুবদা কিবনা ইমা ইমা কৌই। মহাকনা চেন্না চেন্না মমায় অদো ওইথংবা মায়কৈদা য়েংবদা সোরোক মপান্দা চরোৎ হাপুং ফুট ৫ রোম য়াংবা অমা হৌই। অদু উবদা ঐহোন্দা ভায়রকইবা লাইদি অসিনি খনখি। চরোৎ হাপুং অদুদি অবখদা উবনিনা মুশিন মুনা য়াংনা উই। মদুবু লাইনি খল্লুবদগী অমুক হেন্না কিখ্রে, মতম অদুদা মহাক্কী মমানা ঐগী ইচা অদো কিগল্লি মানা ঐবু কৌবা হায়রপ ভাখি হায়জুনা মৈ অমা পায়রগা মমানা মাঙোলদা থোরকই। মচা অদুনা পরপ-পরপ চেনশিল্লকলগা মাঙোল ভারী কাখৎলকপদা খুদি থীজিন্দুনা তুখরে। মতম অসিদা

মমা অসিনা ঐগী ইচ' তুরে হায়ত্তুনা কোনখৎলগা মচাবু ইবুংঙো হায়নাকৌবদা খুমখিত্রে। মমাগী মচাবু ইমুংদা থাংজিনগা লৌবাইদা ঈশিং হাপ্তুনা লাকৈ। পুং ১ মরোম লৈরগা অ্জান তারকই। জ্ঞানদি তাম্রে হায়ববু কিবা থংখিবদগী মশা কৎলমদবগা মপুক্তা থীবোং থীম্নিন্না অপুম অশা লৈরব অক্ত লোইনা চাইথাইগ্রে। মরম অত্তুনা নিপা অমি লাইগী চেম্দুনা অনাবা ওইগ্রে। অনাবা অসিনা মমাদা হায়রকই: মাইবনা ডাক্তরনা অমত্তুদি য়েংসি হায়রকই। মতম অত্তুদা মমানা' খল্লি. ঐনা হৌজিক মাইবা নত্রগা ডাক্তর কৌবা তারবদি পৈশা থাদবা, পীদবা য়ারোই। পৈশাদি লায়রবনিনা পাম্মদে, হৌজিকী চনা কাওবা লৈতে খল্লুবদগী য়াম্না য়াজখি। অত্তুবু মচা অসিগী থুদম অমত্তুদি য়েংহনগে হায়ত্তুনা থওন-চাম্নবা ওইবা ডাক্তর অমা মমানা কৌরক্তুনা থুদম চাংদম য়েংহল্লি। ডাইহাক য়েংলগা ডাক্তর অসিনা হায়, ইতৈমা নহাক্কী অত্তাং অসিনা নাম্নিবা অসি মতম খরা চঙবা তারে। মরমদি নহাক্কী মপুক মমুংদা অপুম-অশা কত্ত হাওদি য়াম্ন লৈরে। মসি য়েংনবা য়েংবদা লুপা ৪৫০ মরোম খরচ তৌগনি হায়, ইতৈমনা কয়িত্তুনা য়েংগে হায়রবসি ঐগী তুকান্দা পাক্ত পীরকত্ত, হায়রমগা চৎখরে। মমা অসিনা খনবৌই, ঐনা হৌজিক লুপা ৪৫০ অসিদি পুথোকপা ঙম্রোই। হৌজিকী চনা কাওবা লৈতবনিনা শেল অদি লৈতবদগী ঐগী ইচাম্নুপা অসি লায়েংবা ঙমদত্তুনা শিবা তাররা হায়না খল্লুবদা মচা তাহনবা লোমা লোমা কপ্পী। মচানা হায়রকই, ইমা ডাক্তরনা করি হায়রম্বী। মমানা লাম, ইবুংঙো

নঙগী অনাবসি য়েংবদা লুপা ৪৫০ চঙগনি হায়রম্মী, রা অসি তাবদা মচানা খল্লুবদা, লায়রবা, লৈতবদগী অনাবা অসি য়েংবা ঙমগনি হায়বা লৌংখিদ্রে। মচাসু য়াম্না কপ্লে, মমা মচা অসুম হায়না কপমিন্নরিবৈদা লংকৈদা লৈত-লায়রা খিরুবা মচানিপা অহল অদু থুংঙরে। মচানুপা অহল অসিনা হায়রকই। ইমাগা ইনাওগা কপলিখা অসি করিগীনো হংলকই। মমানা পাউথুম পীরকই। ইবুংঙো ননাওনা নারিবা অসি ডাক্তরনা লুপা ৪৫০ য়োম চঙ-গনি হিদাক লাংথক পুম্নমক্কী খরচনি হায়রম্মী। ইমানদি লৈ-তবনিনা, রাখলনা রাজুনা কপলিবনি। রা অসি তাবদা মরাম্বা অসিম্ব লু-লুকথতুনা খল্লি। তাইহাক খল্লগা মথাক্না হায়, ইমা ইনাওগী অনাবা অসি ঐহাক য়েংলগে। পুন্সিবোন শিদাহিদাক হায়রিব। লাইরিক অসিগী নিয়মনা, সুমিৎ অদুদগী মনাওগী অনাবা অদো মরাম্বনা লাইরিক অসিগী নিয়ম্না লায়ে খি। অনাবা অদো থা অমগী মসুংদা মপাক্লল পীখি অমসুং কখি। লুপা ৪৫০ তিংগদবা অনাবা অদো রান-শীংনা মশক খঙবা, মশাগী নিয়ম খঙবদগী লায়রবা অদুসু লুপা ৪৫০ গা মাম্না লায়েংখি। মতুংু লায়রবা ইনাকখুনবা মাম্নবা কৌই তোম্বা ইবো।

## তোনশীন—

থাবেন বায় য়াশিকা থাঙনা থায়দোক্লগা ঈশিংদা তীংলগা মচু ঙাওলৈমনা তাবকনি, মতু গিলাস থাংজৈদ:, খোইহি চামচ ১ হাপলগা খোংসদা অনিরক থকউ। লৈবাও অদু মনা লোইনা থীকতোক্লগা মতুগী মতোন অদো য়াদা উরগা মহি অদো

য়োৎশিল্লু, অফিং তুম্বদা খৌরিদা কি অচোৎপা ঈশিং হায়রপ যাওবা অদু য়েৎলগা মথক্তা মুগা নত্রগা কম্বল অমনা য়েৎশিল্লগা তুম্মু, মসিনা হম্মা হম্মা শাম্নগদবনি। চিঙ্গাক মহু কনবা পোৎ অমত্তা চাগনু, চাক পুক থম্মা চাগনু অমাংবা পলহনগনু, ইশাগী শাজেনবু কজনা ভৌয়বদি অনাবসিদি হেক্তা কয়ে তায়াইমা।

## অঙাং খোমককলাই চুবা—

অঙাংনা খোমকক্লাই চুয়বদি হিদাক্লা ফবা রায়। চুডৌ মহি লকোই অমু নবা, অয়াথবী অমুনবা, চিনি অঙৌব, হদুনা পীজরগা কৈ। মমাগী খোম পীথকলোই, খোমদি হূনি, মমানা মীয়োনগ্রগা মচা খোমকক্লাই চুগলি। খোম অদু হূ ওল্লি মতম অদো অঙাংনা মশা শাগৎলক্লবদি বেক্র মকু অদো থুব্বাক্তা নোইয়ু, ঈশিং থরা হাপলগা গিলাস অমাদা হৈজিল্লু, মদু চৌরগা ময়াংলেন মথবাক মানথৎলু, মখোয় শোকনু, খোইহি ঈশিং অশাবা পীথকউ, লৌ-রাই হিদাক্লা কেয়োশিন অঙাঙবা, তচাথাউ, করপুর তিম্মরগা লশিং নত্রগা কি অপাবা মচেৎ তমনা লুপ্লগা লৌরাইদা হাপ্পী মপা লৈভনা কৈ তায়াইমা।

## স্বর শান্নবা (জাগা অমবা, মুংশিৎ অশেংবদা)—

চিংশিনখিয়া স্বরনা লৌরাইদা ফুরগা খোইদোদা তাবা, মুংশিৎ অফবা লৌবা, হোন্দোয়কপা স্বরনা পুক্কগী-অপুম অশা পুখোক্লক পনি, লৌরাইদা য়েবা ফস্তে, যাদা কামথোকদবনি, অস্তুম্মা শাম্নবগী মতম নোংমগী মসুংদা মুমিদাংবাই পুং ৪ দগী ৫, অমুক পুং ৬ তগী ৮। মাইল ০ খোহনা চৎপা তঝংগা হুমদা পুং ১ শাজেন

শাম্নবা, য়োৎ খর পায়বা, কৈরাক ভৌবা, মুগীনা কৌগুবা, ছুমাং খোক্কনবা, রাইতৈ লমছৈবা, হাই হুপ্পা, য়াম্না কাম্নবা, থবকশু কাম্নবা, হকচাংদশু কাম্নবা, খ্বাইদগী হেন্না ফবা শাজেননি।

## ভায়াইমগী পাউভাক—

ভোম্বা ইবো পুক্কিয়োন শিদহিদাক হায়বা লাইরিক মচা অসিগী নিয়ম চৎপা মী অচৗদি কায় ভোংবগুম দুংঙাই, দোলান মথক্তা কৈবগুম ঙাংই, ইনাক খুনবা অমনা লুপা য়াম্না ভিংনা লায়য়েংখি, লাইরবা অমনা মশাগী শাজেন, রাবা-শীংবা মশক খঙনা লায়য়েংখি, লায়য়েং অনি অদো লোইনা ক্ষমিয়খি। অদুবু লায়রবা ইনাক খুনবা মায়বা কৌইনে, ভোম্বা। ইবো, পাউভাক অমগা পীগে মুয়া ভাও। মাইবা ডাক্তরনা লায়য়েংবদা মী শিহনবীংবা হৌনদে, মিংচৎ অরুবা পাম্বা ভাত্তনি। অদুবু কবিগুম্বা লায়য়েংবা য়াদরুনা ফিক্রবদি হৌরকী ভূমক্লবা অত্তাইবা মঙমলি হায়না লৌকো ভোম্বা। মৈতৈ পুয়াগী পাউরৌ অমগা হায়গে ভাও ভোম্বা। হূইগী খোঙথাং লৌ, য়েনগী য়াফিপ ফিঞ্চ, কাকী পাউজেন লৌ, ওবী চাকচা চাও, হায়বদি হূই হায়বা অসিনা চৎপদা নোমজেন চেলি, খোঙ থুনা থাংদুনা য়াংনা চৎপা ভমিবমখৈ মীওইবগী পাজল হন্দ্রিমায়ে খঙভি। থায়নসী ইপা ইপুশিংনা মথাং কোম্বয়ক্তুনা লাইবকা লৈপকা নক্লবা ফাওবদা মখুত্তা শীংজং পায়রগা তপলি তপলি য়াঙনা চৎলগা খোংনাং মক্ক অচৌবা অমবু নোংমগী মচেৎ মচেৎ যুক্লগা চাক্কা নোংখয়বা তমী।

শিংমন্দাই কাওবা মশা ফজা নৈথি হায়বনি। রেনগী ম্যাহৌপ চৌম, হায়বদি রেন হাববা অশিনঃ অহিং তুখনা পুংশীং থুদিংগী মমিৎ শিংই, ম্যাহৌ ওন্নি, মখোয়গী মতৌবু লৌ হায়বনি। কাকী পাউজেন লৌ হায়বদি কাক অমনা কাক ১০০ পাউজেনদুনা, খোমদুনা পাইরক্লগা মীগী চাকচা-ঙৈজানবদা চাক্তাবা ঙম্মী। অদুগী পাউতাক্তি শগ কবা নৈপাক্লা চানহনবা ঐগী মী য়াত্তনবা থম্মু হায়বনি। ওকী চাকচা চাও হায়বদি ওক তায়বসি মানা চাবি-ঙৈজা মাগী চাকলুক্তা জীব থুদিংমক্তা চাখিন্নবদা অশাওবা পোক্কে হায়বনি। অদুগী পাউতাক্তি মমা অবক্তগী মচানি, মপা অমত্তগী মচানি খোগোম্না সুংশিনদুনা চাখিন-থকমিন্নগনি হায়বনি। হায়বসিগী থুদমদি হনুবা চহি ৯০ শুবনা উক ফুকপা ঙম্মী। মশা শেংনা নৈবা মরম্না ওকনা জীব ময়ামগা চাখিন-থকমিন্নবা কাক্লা মাগী মরুপ ময়ামগা পাইখিন্নবা, রেম্না মখিৎ মনা শিংনা নৈবা হূইনা মখোঙ য়াঙনা নোমজেন চেন্দুনা চৎপা অসিগী মতৌবু মীওইবনা লৌহনা শীখিন্নবা য়াম্না কায়ব। ওই হায়বা তোম্বন ন.ওান্দা ঐনা পাউতাক পীবনি।

অনাবগী হৌরকফম চঙা হেনবা —

ঐ য়াম্মী মথং মথং লৈথগে মুম্না তাও, তোঙ্বা অনাবা হায়-বসি চাবা থকপা মতম কায়বা, সুংদাং হয়াও-কুটৈ পাম্বা তুবা চাবা মতম কায়বা, চাং পুবা চমদবদগী খোকপনি। তাইবং পানবদা হৌখিবা পোৎ ময়াম অসি অহিংদা চাউবা তাক্লি। তাইবং মীগু অহুত্তখনি। তুম্বা সুংতাইখিবা, চাবা হাউখিবা মীনা

পঙনা নাবা হৌমদে। অনাবনা অহিং তুম্বা, চাবা থকপা কাউবা হৌরদে। অহিং সুংথিল ওয়রক্লি। হকচাংদা কত্তবা লৈরিবদো হকচাং নাবা লোইরবা মতমদা য়াঠবী থরাইনা খোঙচৎ চানা অমুক লৈবা ঙম্মী। মরম অদুনা ইশা ইশানা ঙাককম থোকই। য়েংউ, থক্কা পাইরিবা উচেক বায়াশিংনা নোংমতা নাক, লাইহৌ তৌই হায়বা থূদম কংবা ঙমদে। মখোয় মশেন তুংৎনজুনা চীকথায়নজুনা নাবা নত্তনা মখোয়গী মপাদা ডাক্তর মাইবা হিদাক লৈতে। মরমদি উচেক্কি মীৎগী য়াহৌ ঙালি, মতম লৈবথিবক্কা চাং পূবা ঙম্মী। অমুক সুংথিলদি মখোয়না নোমগদবা চৎকদব মচিঙ্গাক থিগদবা পূম্নমক চৎলু-রগা সুমিৎ তাথরকপদা মকোন মকোন চঙজুনা তুম্বা হৌম্না ওইথি। মসিগী নিয়ম অসি নোংমত্তা কায়দনা শীজিন্নথি। মরম অদুনা মখোয়দা অনাবা চঙদে, তাইবংপানবা মপুনা মী ঐখোয়বু য়েংজো হায়বগুম থূদম উৎলি। ঐখোয় পূম্নমক্না অফবা ফিদম লোগদবনি। মীনা অথোইবনি হায়বসি নীংবু নীঙ্ত্রবদি মীগ মীথোই মীহেন ওইদে, মালেমদা লৈরিবা তাইবং মীগা মরুপ ওইরিবা শগোল-শামু, শল, ইরোই, অমসুং হুই-হৌদোংদি তাইবং মীঙুম্না অনা-অয়েক পী। মরমদি মখোয়সু মীঙুম্না তুম্বা চাবা কায়, তাইবং মীগা থবক ইংথাং শূমিন্নৈ, চিঙ্গাক নত্তবা য়াওই, মরম অদুনা অনাবা ওইবনি।

অদুনা তৌবা ঈমুংদা ঐখোয়না কোয়বা চৎবা কথমদা কুইনা লৈনীংই; অদুগুম্বনি, হকচাংবু ঙাক-শেন্দুনা নাদনবা হেৎনবা

অদুবু থরাইবু লুনা তৌবা কৌই। লুনা তৌরবদি থরাইশু কুইনা লৈনৌ'রে, লৈরবদি পুন্সিরে অদুবু পুন্সিরোন কৌই। হকচাংবু থরাইগী য়ুম্ফমনি হায়বদি অদুবুনি তোম্বা। হকচাংগী মপুংদা অপুম-অশা য়াম্না লৈরক্লবাদ য়াইবী থরাইনা লৈবা মুংঙাইরক্তুনা হকচাংগী মপুংদা লৈবা শিংলি ১০৮ অদুদা থরাইনা পুখোকনৌংবা মফমদা পুখোরকই। পোমনৌংলগা পোমগনি পাংনিংলগা পাংকনি, খোঙ হামনৌ'লগা হামগনি। লম্বেল ১০৮ হায়বদি লাইথুং ১০৮ হায়বনি। অদুবু মরু ওইরিবা পুক অসিবুদং চেকশিন্না ঙাক শেন্দুনা লৈরবাদ অনাবা ১০৮ অদুদি ককম খোকই তোম্বা। মতম কুইনা নারকপা অরা-অনা নংবা মীদি মাইবা শাগল্লি। মরম থঙগল্লি মীগী মীপুংশি মংবা ওমগন্দে। ডাক্তরগী মচাদি নাইহেত্রে, মাইবগী মচাদি শিহৈত্রে, পাঙ্গগী মমৌদি থাকনহৈত্রা হায়বা য়াকমন্থ লৈ। হায়রিবা মচাশিংসি মপা-মমানা হায়বা নিয়ম অমত্তা চৎপা নত্তে। মরম অদুনা শোয়নবনি হায়না লৌই। তোম্বা, ঐনা ওমগদবা থবক্তবু পায়গদবনি, ওমলোইদবা থবক পায়বা হোনদে। হনুমাম্না চীং ফুকপগী য়ারী পারুবনদি ঐনা চীংফুকপা ওয়রোই। সিনেমাদা মীগী মকোক্তা শামু পুবদি ঐনা ওয়রোই তোম্বা য়ুম ইথোল লম-তু নাননা থমগনি, ইশাবু অয়ুক মুংদাংরাইরম মতম অনিমক্তা নোংমদা অনিরক ঈরুজগনি। মীশী পুন্সিসি গান্ধীজীগী লাইরিক অমদদি চহি ১২৫ পুন্সি হায়বা হায়নমু কংঙি। মীতৈগী পুয়াদদি চহি ১১০ পুন্সি হায়নমু কংঙি। অদুবু হায়রিবা চহি মশীংসি অসি লৈবা উদে।

লাইগুম্বা মীদি লৈরম্বা য়াই, ঐখোয়না হৌজিক তানগদবা হায়ববু চহি ৮০। ৯০ অসিদি মীওইবনা লৈবদা য়াগনিদে তোম্বা! নায়গা চয়া হেনবদি চীন্দা মহাও খঙদভুনা চাদবনি, নমদুনা চায়-বম্থ অমুক হেম্না ফংলোই। পুক্বগী অপুম্বা ফভ-হৌদি পাখো-য়কপনি। অমাংশঙ কোম পাখোকপগুম্বনি, মতু পাখোকপা লোইদ্রিবা অমসুং পুখোকপ। লোইদ্রি ফাওবা করিস্থ চাবা চাউরোইদবনি। থুনা পুখোক্লবা ঐখোয়না মতেং পীগদবনি। হাউরে হায়না প চা চাগদবা নত্তে, চাং নাইনা পুক থন্দনা তোইরপ চাবনা ৈফ। ফভ হৌদি এঙ্গাং নাপীদি অতম ভাকদবনি। নাদ্রিদৈনা অকন লায়েংদা চয়া হেনবনা হেন্না লুই, অরিবা সুংশিৎ চেনবা, হৌজিক চাখিব চাক্লা মথুং কংদ্রিডৈদা হেক্লা লাম্বা চাকয়বস্থ নীংখিনা সুংঙাইনা চাবা য়াদবা, তূম্বদা মচেৎ-মচেৎ তূমগনবা, মপুঙফানা তূম্বা য়াদবা, মীনা ঙাংঙগা শাউগনবা, থাগী খোঙকাপ য়ায়েন কায়গনবা, কিঙৌ চৎকনবা, লিলাদা হায়রগনা মঙক চংবা মপুক কংবা কুম লায়না ওইনা লৈগনবা, সুপী ফুগনবা, অশাউবা তোয়বা, অদুগুম্বা লায়না অদো মশা মশানা লায়েংভুনা চিঙ্খাক ভাক্তুনা লাইরিক অসিগী নিয়ম চৎকদবনি অত্রনা অফব ওইগনি। তোম্ব, ঙয়াং চয়া হেনখিবা অদো ঙসি চাবদা ঙয়াংগীস্থ য়াশনা চাবা য়াদবানিনা ঙয়াংগী চাকলুক অদো পুক্বা হুত্রবনি অমসুং হাঙঙবনি। মমৈদা কায়বা ফংঙক্লনি থল্ল হায়া মশা কবা মীস্থ ভাক শেন্দুনা থমগ-দবনি। ফভব মীস্থ ভাক শেন্দুনা কহনগদবনি।

**অঙাং ঈশিংদা তাবা**—অঙাংনা ঈশিংদা তারম্লবদি মখম প্যাম্মরগা চিংথৎলকউ। মশাদি য়াম্না নানবনি, কংকাল য়ৌরগা উৎ থরা পায়রগা মথোঙ অনি পাম্বরগা থাংগৎলু অত্তগা নিকথোকউ, ঈশিং অদো লোইনা ওথোরক্কনি। অঙাং অদো নীংথিনা হৌপহল্লগা হোট য়াটর বেগ ওইরবত্ত লীক্লি ঈশিং অশাবা চানবা ওইরবস্তু অমনা মথাংলেন, মথোঙ, মথবাকপু শাহন্দুনা অমস্তং মৈদা য়াম্না য়াইবীরগা শাগৎহল্লু, অমোনবা কিবু মৈদা য়াইরগা মমায় য়াওদনা কৈজুপ শুম্লীয়ু মনাতোন্দা। মর মশীং নৈতনা কাম্বীয়ু, অঙাং অহ মথরায় লোইনা চৎলমত্ত্রবদি শোয়দনা হিংঙী থঙউ।

**মিৎথৌ**—

মীৎথো মীৎতা, মীৎকী মপান্দা ফুগ্রীশুম্বা থুংলবদি মেরুক অমা থুংনা পায়রগা পোম্লিবা মীৎতা উপশিল্লু, মাঙোলগী ভারীদা মায় মনীং ওম্না লেপ্লগা মীৎথো নঙনা চাউগে হায়রগা মেরুক মরুম চাউরো, পীক্কে হায়রগা পীশক পীকও হায়রগা কোক য়াংমা লাম্না হুন্দোকথো, হম্না য়েংদনা ইমুংলোমদা চঙঙক্লো শোয়দনা কৈ। য়ামেন থোদা মেরুকী মশুপ।

**লাই থোকপা**—

লাই-থোকপা হোৌবা মুমিত্তা চুঙৌ মহী, শীংথা, গুলমরিচ, লোংপাম ৩, লুপা হিদাক, কর্পূর, চাইকোর তিম্নরগা পীথকউ। মুমিৎ হুম্নি শুবদা থোইহৌনে, উচি শুম্বলনে তিম্নরগা পীথকউ। ৪ নি শুবদা হকী ঈশিংনে, থুমনে. মী ৭কী তিননে অসিনা তিংথো মচোন থরা পুম্নুবা শুপজিং শায়রগা লুপ্লগা লাই ঈরুবীয়ু। ৫ নি

শুবদা হকী ঈশিংনে চনম মহীনে, শীংথা মহীনে, কাংছু মহিনে অসি তিন্নবগা তৈয়ু। লাইনা হনগ্রবদি খোদোকউ, মুমিৎ ৬।৭ নিদা হনগদবনি। মসিদা হনগ্রবদি চন্নাইশাবী মহীনে, ফকপাই মহীনে হঙ্গাম থাউনে, ককয়েন থুজিল মহী। পীথকউ, কবনে। মুমিৎ ৮।৯ নিদা কগদবা হিদাক্তি ওমুমান মরনে চেঙপাকী য়াম্নে লৈকাংনে লকোই মহীনে, লাংথৈ মহীনে অসিনা তিন্দুনা তৈয়ু, কবনে।

লাইগী মমিং—মৈপোকপী লাই, কথোক লাইদি লৈকাংগা চেঙপাকী য়ামগা তিন্নবগা তৈবা কৈ। মুকথ্রী লাইদা মুকথ্রী মরু ৭ য়াও। ছুপচাক লাইদা ছুপ মতোন ৭ য়াও থাংথোক লাইদা পাংগং মহী য়াও। চুজাক লাইদা চুজাকী য়াম য়াও। তনলাই, লাইকুপ, য়ুমথাইবা লাই — লাইথোক ৯ নি লায়য়েং অসিনা য়েংবা য়াই।

লাই থোবগী হিদাক্তি লাইরেন মশীংথা, শীংথ, শওম মশীংথা খোইহি অসিনা শুগ্গী শেমলগা পীজো কবনে।

লাইনা হনগ্রবদি কেগে মানবীগা শুলমম্রিচকা তকথায়রগা খোঙবীগী থুজিল কারক্তা তিংথংনা ঈ থকিজং লোথোক্লগা হিদাক অসি থাও কবনে। য়েরুমগা চীংবী চফুগী চেঙ অপুম্বগা থুম্না থম্বানদা তৈয়ু। তোংজৈনা চীংওু। য়ুম মাঙবা নংলবদি লাইগী লাইহিদাক চা অহিংবা অসি তকতুনা পীথকউ। থাংজ পোকপা অঙাংগী মথোয়গু তকতুনা পীথকউ, হিদাক থূদিংমক্তা মচন পীবা তায়ংদি চুতোগী মচুৎনা খোইহিনা শিনবা য়াই, চহী অমগী লায়না অসি লাকত্রিতৈদা ভাথোক্লবা পাম্বৈ ইঙা, ইতেল, থয়ান কাওবগী

মপুংদা লাইরেন মশীংথা, শীংথা, শওম মশীংথা থোইহি অসিনা তিল্লগা শুম্লী শেম্মু অদুগা চাবা কৈ, নাশনথ্রগা লায়য়েং নিয়ম মথক্তা হায়খ্রিবা অসিনি :

তয়াইমনা তোম্বদা পাউতাক পীবা—

তোম্বা ইবো, লাপলিদৈদা লাই ওইরগা নকশিল্লগা মী ওইবদি পামলুগনু। লাপলিদৈদা মী ওইরগা নকশিল্লগা লাই ওইরবদি মীকোক থোংগদবনি অকনবনা শিবা কিদবা অশোনবনা শিনা কিবা অদুস্ব হৌনশানি, অকমব অদুস্ব শোস্থরক্লগা শিগদবনি, কম্ন শিগদবদি খু লাইনা শোকপা, গড়ীনা তকপা, ইলেকত্রিকনা চংবা অদুগুম্বদানিকে তোম্বা ! অদুদি মী ১০০০ অমগী মনুংদা অমত্তা হৈনা থোক্কনি। নংোয়নখোয়না হৌজিক চত্থগদবা থবক্কি ইশা কম্নবা নাদনবা কোংনগদবনি। পোকলক্লবনিনা পুন্সি মুংশাংনবা চিঙাক য়াস্তনবা, থবক্তা মায় ওনশীনবনা ইথৌ ওইগদবনি তোম্বা। সনাগীশ্ব মথক্তা লৈসম্ব, লুপাগীশ্ব মথক্তা লৈশনু, ময়াইথুং চেনবা মী অদুনা করি অমত্ত মিহোবা লেয়রোইদবনি, ঐবু ঐনা ঙাক-শেন্দুনা হকচাংবু মুংঙাইনা থম্লবদি ঐ মশক থঙবা কোই। তাইবং পানবা মপু মহাক কংবগা মাম্নেরে তোম্বা। লাইনা মী শেম্বনি, মাইনা লাই মহাকী লৈকম য়ুম শেম্বনি, অদুগুম্বা লাই অদুদি মীদা লৈরবনি। থরাইনা লাই ওইগদবনি। লাইনা শেম্লগা মী ওইরে মীন শেম্লগা লাই ওহরে। মীনা শেম্লগা লাই ওইবগী খুদমদি মী ওইবগী বাথমা নত্রগা মীৎনা উক্লরগা শেমদোক শাদোকপা ঙমদবা লৈতে, মহুবু মীনা শেম্লগা লাই ওহ হায়রবনি।

রাখল লৌশিং পূম্নমক অদুদি ঐগী ঐগী পুন্সিংদগী খোয়কপনি, খোয়ক্লিবা রাখল অদুদি য়াইবী থরাইনি, থরাই অদুদি খোইয়ুম লাইনি অদুগুম্বা লাই অদুদি ঐগী ঐগী ইশাদা য়াওরে। মরম অদুনা হকচাংবু থরাইগী য়ুম্ফমনি হায়বনি। মরম অদুনা থরাইবু লুনা ভোগদবনি হায়বনি তোম্বা। মরম অমনা চিঙ্গাক কন্ত-হৌদি ময়াম অসে ঐখোয়না ভাক্তুনা শীঙিন্নগদবনি। অদুবু থরাইবু লুনা ভোবা কৌই। থরাইবু লুনা ভোনবা নিয়মদি চাবদা চীন্না য়াম্না হাউরগা পুক কা-হেন্না কংলগা মমৈথংদা ভুম্বা ভুমদতুনা লেঙডম শাংডমদনা লৈবদুবু থরাইনা য়াদবা কৌই। মতুদি ঐ ঐনা খঙবা ভারে, চীন্দা হাউবা য়াত্তূনা পুক্না য়াংনা কোম্না লৈবতুনা হকচাং মুংঙাইবা হেল্লি। থরাইনা কোম্না লৈফম চাকম মুংঙাইব-গুম্না লৈজে অদুবু থরাইনা য়াবা কৌই। থরাইনা য়ারবদি হকচাংস্ত মুংঙাইরে মুংঙাইরবদি থরাইস্ত বুইনা লৈভরে। অদুবু পুন্সীবা কৌই। চিঙ্গাক হাউরবস্ত য়াংনা ভোকপনা খ্বাইদগী হেন্না ফৈ, পুন্সী মুংশাংঙি, য়াইকবা ফংঙি। অনাবনা কন্না নারিছৈদা ভাক্তুর অমস্তং মাইবা লাক্লে ভাবদা চিদাক ইথা থাদনা অনাবনা পুক্লিং লুম্মী থরা ভেক ফবগুম নীংঙি অদুস্ত কৌনশানি। মাইবা ডাক্তরনা অস্তম অস্তম লায়েংলক্লুবদা ইকৎ কংলকত্রবদি অনা-বনা শাওনীংবা অদুস্ত কৌনশানি, শিগদবা অনাবদা নঙ কনি অমস্তা শিরোই। উত্তুপ্না থারকাওবা শিরোই হায়রবদি অনাবনা পুকচেল চাউথংলক্নুনা হিংব য়াবা ফাওবা লৈ। শিরোইদবা অনাবদা নঙ থা অমগী মমুংদা শোয়দনা শিরগদবনি, মতুদা

শিন্নবদি মাইবা ঐবু হাংচৌ কায়রবদি শনাবা অদু য়াথল য়াখিবনা শিখিবা য়াই মীওইবা ফাযবা অসিদি অশাঙ্গি মপাল তাংবনি য়াখলবু সুংঙ্গাইশল্লবদি অনাবসু কাকপা য়াবা নৈ। য়াওাড য়ায়াংলুবনি তোঙ্গা। ঐদি লাই লাংলে, মীতোন্দা ওইদবা য়া তাঙলরোই, নত্তবা ধর্ম্ম চৎলরোগ কাথন খনবসু ওইদবা য়ানা মী কনবা তারবদি মহুনা অমুক কাইম ঐ য়ারী অমা লৌগে, তাও, নোংমা নোংমৈ পায়বা নিংা অমনা ঐতোন্দা হংঙি, নঙাক্না চৎলিবা লম্বেল অসোয়দা শক্তি অমা চেনখিব্রা হংঙি। মতম অসিদা ঐনা মতোন্দা অয়ানবা য়া খুম্মী। ঐনা চৎলিবা মায়গৈ সোয়দদি শক্তি চেনখিবা উহোলে, য় অসি খুম্বদগী নোংমৈ পায়বা নিপা অদো ময়ুমদা অতুম হংখরে। অসুমনা ঐনা শক্তি অদু কল্লম্মী। ঐনা তাক্লমলবদি শক্তি অদো শিব্রমগদবনি। অসুম্না অয়ানবা য়ানা শক্তি কনখি। অদুবু মতমগী অয়ানবা য়াম্ব শিজিন্নগনি হায়বনি তোঙ্গা। য়ান্নম অমসু হায়গে নংতোন্দা, ঐখোয়না তৌরিবা থবক বিদ্যাদা কনাগুম্বা মীনা য়েৎলন্নবদি শাওরুগনু, নহাক্না চথন্নিবা থবক মরম অদু কায়দনা অদুম মথুম্মু। ঐতোন্দগী হেনবা ওইরগনা মতোন্দগী লোশিং লোহৌনবা লাক্লো। ঐনা হেনবা ওইরগনা মতোন্দা পীথোকখো, মঙাকী উপায় তৌরিবনি হায়দুনা থন্দোকউ, মহাক্না ঐতোন্দা য়েৎলন্নিবা অদুদি হিবু গোল্লিবা নৌ অমানি হায়না থন্দোকউ, ঐগী লোশিংদুম হিগুন্না য়াংনা চৎকদবনি তোঙ্গা। মরম চাদনা অচাওবগুন্না য়েৎলক্লবদি মহাকা য়ামক্লগনু, ঐনসু মতোন্দগী লোশিং লোথা

য়ারোই, মানস্থ ঐতোম্দগী লৌশিং লৌবা য়াররোই। অতুগুম্বা অত্তদি য়ায়া হৈশিংনা লোয়নবা তারে তোম্বা ইবো।

## তায়াইমগা তোম্বগা থন্নবা—

য়াহং। তোম্বা! নঙনা অনাবদা হিদাক থাবয়্রগা শিন্নিবদি করিগীনো?

পাউথুম—তায়াইমা, থরায়গা হকচাংগা থাদাক্রবা মতম মালরম্বানি

য়াহং—তোম্বা নঙনা হিদাক থারগা অনাবা কত্রিবা করিগীনো?

পাউথুম—অতুদি তায়াইমা, অনাবা অদুগী ফগদবা মতম অমসুং তাযুম য়াৎপগা অনাবনা চাবা কাম্বগনা ওইবনি।

য়াহং—তোম্বা নঙনা অনাববু মিনিট ৫। ১০ দং পুংথিল তুমহল্লু হায়রিবসি করিগীনো?

পাউথুম—তায়াইমা, মতুগী লায়না অতুদি অহিং তুম্বা য়াদবা অনাবনি। পুংথিল নত্রগা অয়ুক মতম থরা তুমহল্লবদি লায়েংবা য়ারোই, মপাঙ্গল লৈতে। অহিং তুম্বা য়াররুবদা অয়ুক পুংথিল তুমহল্লোইদবনি।

য়াহং—তোম্বা নঙনা অনাবদা মীহুল য়েংবদগী হেম্না পুক শূহন-গন্থু হায়রিবা করিগীনো?

পাউথুম—তায়াইমা অতুগী লায়না অতদি থীবোং থীরিন পথবা পুংশিং অশাবনা নাথিবা, হৌজিক্কা হায়রগনা ডাইকত্ত হায়রিবা লায়না অসিনি। মতুদা পুক শূরবদি থীবোং থারিন তৎকনি হায়রবনি, চাক চাবা য়ায়বা মতমদা চাক চুম্বা ওন্নবগীদমক থুৎ থর থর থাগদবনি॥

## মাইবগী মিংচৎ তোকঙ'—

মাইবা, মাইচৌ, জ্যোতিষ, খুবাক মরি য়েংবনচিংবনা চাওখৎ-লকপগী মতু'ইন্না মসুংদা লৈবা বাবু মপান্দা শীজিন্নরকপদা অতোবা মীনা অঙকপা ওইনা খোকপা পুকসু'দা লৈবা অনাববু মাইবা ডাক্তরনা মপান্দা উবগুম্না শাহথোক্লকপা অদুগা লায়য়েং-লগা করকপদা অঙকপা ওইনা থোকপা অদুগুম্বা অমম্বদা লৈবা ফিভম শিজিন্নবা মী অমবু কনাগুম্বা মীনা লাই শাম্নরে হায়গনি তোম্বা ঐমক্কী খোজ্ঞদি সাইনটিষ্টকী মতম অসিদদি পঙয়া য়াগনি হায়বা থাজদে। সুমিৎ থা ওইববু লাইনিংলম্বেল ওইনা চথবদি য়াগদ্রে থান্নি। কনাগুম্বা মীনা মীওইবগী হক্চোল শংবন্দা, সুংদাংদা তুই খোদোং চংপবু লাই ওইরবোই নীংঙি অদুসু কৌরশানি তোম্বা। মাইবা লৈবা মীগী হকখোল শংবন্দা তুই খোদোং চংপদি সুংদাংদা তুই খোদোং উচি ওইরবোই নীংঙি অদুসু কৌনশানি অসিমক্কবু ফিভম তোনরিবা ঐখোয় মশেন্না অসুম শঙনরসি হায়না ইপা ইপু শাক্তক্তদি লাইগী মীগা রারী শান্নরবী হায়নৈ। কৌজিক্রদি কয়া থাওদে তোম্বা। অদু পুম্নমক অদো শাওকগনু, লান্দ্রগা য়ইকবা ফংগনি। মীওইবা হায়বা অসে পোক্লবদি শিগনি হায়বা অসি মী খুদিংমক্না খঙনরি। মতম অম্ব সু'পু মহাক্না কাউনবগী রাকমদনি শিগনি হায়-দুনা য়াম্না কিনরিবা অসে শিবা হায়বা অসি শিবমদাইদা সুংঙাইনা চংপা উদে। শিবা হুম্নবা অরাবা প্রতাপ পী অদুবু কিংবনি। মদুদি ঐনা ঐন চংপা লিচৎ শাজৎ নিয়ম চুম্না চংপা হুম্নবা হোৎনসি।

অতুগা মহাক্কী মনাক্তা মুংঙাইনা চৎপা ওইগনি, পোকপসু তোংঙা-তোংঙান পোকপনি, শিবসু তোঙান-তোঙান শিবনি। মুংশি তুং-ইন্নবা ওমনদে  শিগনি হায়না কিববুদি শিগনি হায়না হয়াওবনা কৈ। মরমদি তাইবংদা এখোয়না লাকপদি থবক শূবা, নোম্বা, অরাবা-অনাবা য়েংনবা লাকপনি, মপু মহাক্কী মনাক্তা চৎপদি ইয়ুমদা চত্তুনা অয়া পোত্থানবগা চপ মান্নে। মরম অতুনা কিববুদি শিগনি হায়বা অসিদা হয়াওবা কৈ, হায়বনি তোম্বা। অতুগা মীওইবনা নাররুবদা লায়েংবা তারবদি মাইবা অহুম চঙডি। মাইবা অহুম হায়বদি মী অহুম চঙগনি হায়বা নত্তে, মহৈ বিদ্যা অহুম চঙডি হায়বনি, মতুংদা হিদাক মশক খঙবা অমা, মহাক্কী মপোক্কী চহি মতাং তুখিবা নাখিবা, দশা-লাংকম, চয়োন মশক খঙ-লগা য়াইবী থরায়বু ইরাৎ থোনিবা অমা, মিহুম থাহুন, মরি মতাং খঙবা অমা, বিদ্যা মশক অহুম অসি মাইবা অমা ডাক্তর অমনা খঙবা মথৌনি হায়বনি। মতুগী খুদমদি মখাদা ইরিবা অসিনি॥

## চয়োন ৭ তা নাখিবা থেবরোন (হৌজিক্কীনা এক্সরে)

নোংমাইজিং মুমিত্তা নারকলবদি অরাং মায়গৈরোমদগী মুংশিৎ কত্তবা থেংনরুদুনা নাবনি। কোক-লু ওাওনা খোঙ-খুৎ চীক্লা অশাবা কানা নাগল্লি। মুমিৎ হুম্বিদা কনবা অনাবা হমবা হমা য়েংগদবনি, হুম্বিদা অনাবা হল্লবদি করে খঙগে। নিংথৌকাবা মুমিত্তা নারবাদ নোংপোক্লোমদগী মুংশিৎ কত্তবা থেংনদুনা নারক-পান, চাক চঙদে, থজিন শাগৎলি, মুমিৎ ৫ নিদা অনাবা হমবা য়েংঙ্ক হল্লবদি শোয়দনা করে খঙই॥

নারক্লবদি অরাং চাঁওখৈরোমদগী মুংশিৎ কত্তবা থেংনচুনা কন্না নাগল্লি, মুমিৎ নিপালনি কাওবা কন্না লায়রেংগদবনি। মুমিৎ ৮ নিদা অনাবা হল্লবদি করে থওতো। মুমগকৈশা মুমিত্তা অরাং কৌত্রুরোমদগী মুংশিৎ কত্তবা থেংনচুনা নাইএ, মুমিৎ ৫ নি কাওবা কন্না লায়রেংউ, ৫ নিদা অনাবা হল্লবদি করে থওতো। শগোলশেল মুমিত্তা নারক্লবদি মথারোমদগী মুংশিৎ কত্তবা থেংন-চুনা নারকপনি। মুমিৎ ৭ নি কাওবা অনাবা কন্না রেংউ, ৭ নিদা হল্লবদি অনাবা করে থওতো। ইরাই মুমিত্তা নারবদি মনিং মায়গৈদগী মুংশিৎ কত্তবা থেংনচুনা নাগল্লি, মুমিৎ ৯ নি কাওবা কন্না লায়রেংগু। ৯ নিদা অনাবা হল্লবদি করে থওতো থাংজা মুমিত্তগী নারবদি খা মৈরমলোমদগী মুংশিৎ কত্তবা থেংনচুনা নাবনি, মুমিৎ ৭ নি কাওবা লায়রেংউ, ৭ নিদা অনাবা হল্লবদি করে থওতু।

---

| ১ | ২ | ৩ |
|---|---|---|
| ৪ | ৫ | ৬ |
| ৭ | ৮ | ৯ |

থোক্তলোন ৯ গী খুৎলোরোন য়েংবা—

অনাবা য়েংবা লাকপা মীনা অপ্যাবা নম্বরদা মখুৎনা নমহল্লু, ১ দা নথা—খর চনীং চদাও শমদে, নাওশোইদে, হকচাংদু

লুম থারগা লোকয় থুইগা, চাক চাবা য়াদনা নাইগা, তাং চৌকই, মৈ ঈশিং মুংশিৎ কত্তে, পুক্রিং ঙকচা শুক্সানৈ। কোক চৌকই, মনাবা মীনা অকিবা মুংশা থীবা পোকই, ওনীংবা, তিনচুবা য়াওই। শিরদি শিরোই, লায়রেংবা মায় পাকনি, মতম থরা চঙগনি। ২ দা নম্বা — খিংবাং খিরিন অমাংবা মনীং তৌই, মুংশিং কত্তে, লু-মাং চৌকই, মিৎ ঈ কায়, ওক্রি লুপন নাই, মুংশিৎ য়াংলোমদা অয়াম্বা চৎপি অয়াক অথংনগুমনি। অহিং তুম্বা য়াগনদে লু-য়াং চৌকই, চিঙ্গাক ফত্তবা ঙাক্লগা লায়রেংউ কয়কনিগা। ৩ দা নম্বা — খাগী খোঙ বেরা তোগল্লি, ঈশিং মরি শোকই, চাবা তুম্বা ওমদে, মুংশিৎ কাগল্লি, পুক্না ফত্তবা পোৎ লৈগল্লি অঙকপা লাইথুং য়াওই, ঈ মনীং তৌই, লাইমন তিনমন তোয়না হৌগল্লি, লু য়াং চৌকই, কোক ঙাওই, কুপ্না লায়রেংঙ থরা লুনা কগনি। ৪ দা নম্বা — মপুক মপুংদা অপুম অশা য়াম্বা লৈ, চাক লামদে চনীং চয়াঙ শগ্নদে মীনা থঙদে, অনাবনা থঙজে, খোঙ-খুৎ পোয়-লকনি, মচৌক অশা থামদে, থবাক্থেং, শোক লৈগা, চিঙ্গাক ঙাক্না হিদাক্সা লায়রেংউ করকনিগা। ৫ দা নম্বা — অরিবা অনাবনি মথাঙৈঙদগী হৌনা অনাবা অসিগী ময়মদা লল তিংই, হৌজিক কাওবা কত্রি লায়হৌ চেন্নী, মখোঙ ইংতি, হকচাং চাকই, অঘুক মুংখিল মুংঙাইতে, হকচাং মক শোকই, কুইনা লাগনি; চেকশিন্না য়েংউ শিরদি শিরোইগা। ৬ দা নম্বা — ঈশিং মরি কত্তে অমাংবা মনীং তৌই, চনীংদা মুংশিং কত্তবা লৈ, মুংঙাইকম থঙদে লু-তাং শগ্নদে, নমকুংনগুবা অনায়বনি, ঈ কমহুং ঈশিংগী

লায়য়েংদা কয়া য়েংউ, য়াইকবা লাকনি। ৭ নম্বা দা পুক শাওগৎলি, মবক-মরক্তা লোকখুবম্ব য়াওই, খোরি খোজেং শাই মুংজোয়ফম থজদে মশাদা ঈশিংদগী মরিক চঙ্গুনা অনাবা ওইখিবনি, হিদাক মতিক চানা ত্তৌদুনা লায়য়েংউ ফরকনি। ৮ দা নম্বা— থবাক মলুং চাকই, বুদ্ধি লৌশিং মাঙই, অহিংদা লাই শাইএ পীরাই য়েকই অমাংবা মনীং ত্তৌই, চাবা থকপা ৬০ীংঙ্গি, ঈগী মার শোকই, হকচাং নাওশোয়্ম শিবদি শিরোইএ ফজনা লায়য়েংউ। ৯ দা নম্বা— খাং খুজেংদগী চৌনা য়াং লৌরাই লুংশিং ফজবা কায়, নিংথম চল্লি, চক্রি লুশম শোক্লা মাইএ, মতুশানবগী চুংশিং থেংনখিএ, কুইনা নাগল্লি, শ্বোয় শোক্লা নাগল্লি, য়ুংলাই খুরুম্লগা অমাইবনা লায়য়েংউ করক্লনিএ।

## অঙাংদা লাইকুপ থোক্কপা ফনবা লায়য়েং—

লাই থোকপা মতম থৌরান, লাংবল মেরাগী থা ৩ নি। অঙাংনা মশা শাগৎলকপদা মুমিৎ নিনি কাওবা মুংদা হিদাক থাদবা, ঈশিং তোয়না কৌই ঈশিং অশাবনা ঈংহল্লগা খোইহি থরা য়াল্লগা পীথকপা, ঈশিং অশাবা ইচমম্ম থকপা বেরা লৈজে ছুম্রি শুরকপদা লাইকুপ মশক উরবদা শওম মশীংখাগা খোইহি থরগা ঈশিং হাইরপ য়াল্লগা পীৎকপা লাই অদো লোইনা ফুদোকপা ঙম্মী। লৌরাই হিদাক্ত থাও অচাবা কেরোসিন, কর্পূরগা ভিম্বরগা তোয়না হাপ্পীগনি, অঙাংদা তীন লৌরাই কাদনবা হোৎনগনি, অঙাং লায়য়েংদি য়াম্না লুই, তীম্না লৌরাই কারক্লগা মশা অদো উন মরুম ঈংগ্রবদি লায়য়েংবা য়াজ্রে থজজো। য়ম্মীনি

শুরবা শীংখাগা থোইহিগা উচান মচি তক্লপা মহী অদো পুম্না তিম্নরগা অয়ুক খয়া সুংখিল খয়া পীথকনি, ৬ নি শুবদা হকী ঈশিংগা তিবগা তিম্নরগা মশা পুম্নমক লাই মায় তাগনি, নাস্থোকপীগনি, ৭ নি শুবদা য়েনশীন মহী হাপকনি, হিদাক ময়াম অন্তুদা তৈন্থু তৈবীগনি, ১১নি শুবদা লাইগী সুমিৎ লোইরে। লাইথোকপা ইমুংদা ঘী থাও তৌন্থনা চাবা য়ারোই, ঙা য়াইকৌ থাবা, লোবা মনম অকনবা শীজিন্নকরোই, অমাং অশোয় অয়াম্বা লৌকরোই। খোইজু-লৈথাম মনম তাবা য়াগনি, ধুপ মেক্রুকী মনম ফাওবা তাবা য়ারোই। লাইকুপ্না হজিনখ্রবদি লাইচুম মথী কায়গনি, কুপনা শেম্নবীগদবনি।

য়ুম অমা পাল্লবদা য়ুম্বাল্লোনগী ময়মদা খঙদবা য়াদবা ওইনা লৈরবা, ইশানা ডাক্তর, মাইবা ওইরুদ্রবস্থ সুপী সুপা খাক্তনা খঙজিনবগী মথৌনি। শিবা, নাবা হায়বা অসি তাইবঙ মী ঐখোয়না নঙ্গো পোত্থনা চংলিবনি, নোংমা নত্রগা নোংমা থোক্লগনি হায়ত্থনা খঙনরিবনি। ইশানা হোল্লিবা স্বয় অসে কাউরবস্থ হোল্লম্মী, কাউত্রবস্থ হোল্লম্মী। অত্তুগুম্না তাইবঙ মী অসে কাউরবস্থ শিনি, কাউত্রবস্থ নাগনি অমসুং শিগনি। ময়ম অত্থনা ইশাবু ভাক-শেম্নবা ময়ম খঙজিনবা কৈ হায়বনি।

ইশাগী শাক্তেল হিদাক নত্তনা—

মীওইবা হায়বা অসে নোংডানবদগী সুমিৎ তাবা ফাওবদা হকচাং অসে হাই হুম্না থবক অকুপ-অতা শূবা-মোম্বা, থবক লৈতবা মীনা চথোক-চশিন শাম্নবা অত্তুনা ঈ চেনবা হমত্থনা হকচাং কৈ, সুংদাং ওইরগা ঈবু পোথাহনব', তুম্বা অমসুং পাজল কনহনি।

খোইহুম লাইনা তথীবা খুদম অমা হায়গে পোকখবা তাররিবা অঙাং অসিনা মখিৎ শিংহিবা মথৈ মখোঙ মথুৎ হাইদুনা মকোক মরু নোমদুনা লৈ। মমাগী খোম লাল্লকপা মতমদা কল্লকই। অদুগা খোম অহু থল্লগা তুমখি। অদুবু খোইহুম লাইনা তথীবা থবক অমখি, মানা মখোঙ মথুৎ হাইরিবা তহো ঐখোয়না হাইদু হায়দুনা হাইবা নত্তে, চাবা তুম্ববগীদমক্তা লেঙ চোংবখি। অদুগুম্বা চাউরক্লপা ঐখোয়মু শু নোমগনি।

মৈতৈগী পুক শূবা, মালিম তৌবগী মাল্লবা—

অঙাংগী পুং ৬ তগী ৮ ফাওবা পুক শূবা কৈ, মুংখিলগী পুং ৫ দগী ৭।৮ ফাওবদা শূবা কৈ॥

লাইরিক অসিগী মপাম্বো, মশা, মদু, মহৈ মরোংগী পাউতাক- (চারাম পোকপী মালেম লৈবাক লৈমা লৈবাক ইমাগী মচাশিং পুম্নমক ইমানা খোইদলিবা হৈরাং-লৈরাং উপাল হৈপাল মশক থক-লোকপনা মীওইবগী থবাম ওইনরগনি কাউনগুসিকো মরুপলোই।

## (নেচর-মতমগী হিদাক)

১। লোক চেনবা, চাবা তুখা ওমদবা—হৈত্রু, মনাহি খোইহি।
২। খু-শিং অশাবা—উচান, খোংনাং, শিং, পামা মনা খোইহি।
৩ লোক কাংখু ঈশিং অশাবা, চম্প্রা, খোইহি।
৪। খাং ঞ্জাংলেন থবাক মাবা—চনম, তোংমৌ।
৫। খোঙ হাবা (খৌ কায়বা) মুংখি হিদাক, মৈতৈ থুম।
৬। পাল্ল কনথংনবা—পেরুক মহি, শিং, খোইহি।
৭। মুপীগী কিতৌ—চন্দন মরম ৭ শিং, খোইহি।

৮। সুপীগী চগ্রিং য়েকপা—উচান, ঈ-মাই, খোইহি।

৯। সুপীগী ঈ খোম্বা, লু-মাং চৌকপা—হৈবী মহী, লমু লমাং।

১০। অঙাং মশা শামংপা—কেক্রু মকু।

১১। ঈশিং মরি য়েকপা—হাকথিথনবী, লমকাকোং মকু খোইহি।

১২। ঈশিং মরি নুংচাক ভাম্ভোকপা—হৈরবোব মহী, খরি মকং, লিকোন।

১৩। কোমশীন—থাবেন বার মাসিকা, খোইহি, লৈবাক মরোম।

১৪। পীরাইবা পোম্বা—য়োংলাই থাংলাই হৈথিকোথোং মথোম।

১৫। উনশাবা থয়োইকুপ—হোইহি, হৈরবোব মহী, পাখচুগী উম।

১৬। নাইচাবা অপোম্বা—যণগী ঘী, ঋস ৮।

১৭। খুংলাবমা শোকপা, ঈ থিনবা লৈবা—ঈশিং খোম্বা।

১৮। খী কায়বা য়াদবা—অদোর গুলাপ চাবা।

১৯। ফুইবা চৌকপা—অরাথবী, উতং বানৌ

২০। লিম্মা চৌকপা—শা মচা, মাঙশেক ময়ু শঙবা।

২১। মৈবা পোকপা—কোয়েরশিন, ঈশিং অঙৈংবা, য়েরুম।

২২। খোইবা চৌকপা—ময়াংবা, পানখোক মথোম, খৌরাই কালিন্দ্রি মমা।

২৩। লাই খোকপা—পওম মশীংবা, শীংবা, খোইহি, লুপা হিদাক, খোইজুলৈথাম, হকী ঈশিং।

২৪। সুপীগী ঈ হাথবা—পানিফুল।

২৫। সুপীগী ঈ চংনবা—করবীর অঙাংবা মমা।

২৬। শারৈ হৌবা—কেগে অঙাঙবা লাংথৈ, খোইহি ঈশিং অশাবা।

২৭। মিৎ নাবা—মকী ঈশিং হাপ্পা, তুম্বদা ঈশিং থোম্বা।

২৮। লোক খুংবা—হাওচক মনা মনম নম্বা।

২৯। খোঙ-খুৎ চীকপা—ঈশিং অশাবা, অঈংবা হিগা থৈবা।

৩০। লৈ নাবা—মানজ্রুং থোইহি।

৩১। থাঙনা তেম্না লোকপা—মনা হিদাক, ঈশিং থোম্বা।

৩২। মোরোক য়াম্না শাবা—লকোই, কমলা, চম্প্রা চাবা।

৩৩। মৈথু য়াম্না শীজিন্নবা—কিহোম।

৩৪। কোক চীকপা, খোইরাই অহোরাই—চামক্রক মরু শুগাই-রগা লাইখক্তা থোম্বা।

৩৫। নাই চাবা অপোম্বা—য়েনপৎ মনা, উরোক শুম্বল মৈদা য়াইরগা থোম্বা।

৩৬। কোক তাওবা—লৌরাই হিদাক কেরোশিন অঙাঙবা, হঙাম থাও, কর্পূর, অমনা চেংহি।

৩৭। শামু উন্নিং—শামু গণ্ডা মচি তক্লগা থৈবা।

৩৮। কোক্তা শবীরাই—কেক্রুনা তম্বা।

৩৯। খোঙখাদা মুংপোক—চেগাই থৈ ইক্লগা রাইনা মথক্তা হাপ্লগা লেৎপা।

৪০। হাৱা—কৌক্রুয়াই, কামানবী, খোইহি।

৪১। নাকোংদা তীন কাঙ চঙবা—যুবী থাও থৈজিনবা অদুগা নিকথোকপা।

৪২। শমজাবী—মৌরিহৈভদা হৈমীং অমূনবা হৈশানবা, পানা কোদাং হৈশানবা।

৪৩। অতৌবা পকপা—মৌরিহৈভদা লাইরেন মহাও হৈবা।

৪৪। পঙথবা অনাবা—কোকল মকু, উপোংথা মকু, মায়োকথা মকু পীথকপা, হৈবা।

৪৫। ভীনকা কাকহৈ চীকপা—ফিল শিংচিল্লগা কোথোকপদা কেল্লি নল্লগা হিদাক মনা ঈশিংদা ভীংলগা মহী অদো হৈরগা চৎপদা চীকপা থমদে।

৪৬। ঈতোন কায়বা—উচি শুম্বল মহৌ থকপা, চয়া হেল্লগা লকোই চাবা হৈ। চায়া হেল্লগা লাংহেংবা ভায়বদি মহীগী হিদাক্লা থাওবা সুংঙাই

## তায়াইমগী পাউরো মতেক

তোম্বা ইবো, ইপা ইপুগী পাউরো পাউতাক অমগা লাগে তাও। অবা অনাগী মরমদা সুংদগী সুংঙাইতবা অসিবু করি করি মখৈনা সুংঙাইতে হায়বদা কাংথদা লিন চঙবা, খুজিন্দা তুম য়ুবা, তুম্মিহৈভদা য়ুম লোং য়ুবা, সুংশিৎ শিংলিহৈভদা য়ুম অশোনবদা লৈবা, চাক চারিহৈদা মীনা শেল থোবা ফহেল চৎপদা হেল্লবা তুশমল লৈবা, ইপা-ইমা, ইতু-ইচানা কমুংদা অনাবা মৈচাক থাওবা তাবা অসিবু হেয়া সুংঙাইতবদি তাইবংপানবদা লৈতে। তোম্বা পাউরো অমনা ইনাক খুনবনা লীকপা, কুম-লায়নানা চক্রি কগুবা, লম নানবনা অতাং হৈগনবা হায়বা ও সিম্নু পাউরো ওইনা লৈরম্মী।

তোঙ্বা লায়রবা ইনাক খুনবা চপ মান্নবা মুংঙাইহিন্নবা হায়বসি কহিনো হায়বদা হাকচঙ্বা ফুত্রি হোংলগা, হকামচনবা তৌংলী মাংলীবা অসি মীচং মীথায় নাইদনা চপ মান্নবা মুংঙাই অসিমদি কপ্লেঙ্বা তোঙ্বা। মথক্তা হায়খ্রিবা মুংঙাইঙ্বা বাটৈ পরেং অসি খোঙজনবা নখোয় ঐখোয়না চেকশিন্না ঙাক-শেন্দুনা লৈবা চঙবা হোংনসি তোঙ্বা। মরম অদুনা থবক্তা থায় ওননীনসি মতম মাঙ ইনথমসি হায়বসি তোঙ্বা। ইবানিশ্চি বাকম অসিনা মসিদ লোইরসি।



লোইরবা

## —হায়জনীংবা থরমদং

চহি অমগী মঙ্গুংদা মীওইবগী মণাদা হকচাং হুংঙাইজবা কয়া পীরি। ফংখংবদি মসি হকচাংগী মগুংদা ঐখোয়না চাখি-থকখিবা পুম্মক অদুগী মখী-মকুম অদুনা কোক্লিংনা চাকথাক্ত, ঈশিংথাক্ত মখী মতাংদা চুহনা লৈখিবনি। অদুবু থবাবনদি অপোৎপা মবক্তা লৈনিংদবনা করুবশিং অদু ঈস্তোরক্রবা হোৎনৈ। মাহুদা ঐখোয়-নহ মত্তেং পীগদবনি। থোইদোকপা অমনা হকচাং হুংঙাইরক্তবা মতমদদি চয়া হেন্দোক্কদবনি। ওলাংথা থা ৬ অসি অয়াব খোয়াংগী ঈশিং থক্লিংলবদি ঈশিং অদু ঈংথল্লগা থকনি। পেরুক মহি কুংলগা পুক থবা থকপা য়াই। হে, পজোম, হৈ চঙবা, চুহি চিনি, বরফ, হে-মহি, চানা অক্তিডবা খোয়া, শিংজু, কাংজৌ, উচিনা, চেন্দুম, উরেল অসিনচিংবনা থাঙনরবদি লাইজাক্ত লাইকুপ ঈত্তোন, ওবা কাবরা; অণাবা কাবা, টাইকডনচিংবা খুদোংথীবা লায়না কয়া লাকপা য়াই। পুম্মক অসি ডাক্রা চংলবদি অনাব-শিং অসিনা ঐখোয়গী হকচাংদ চঙবা ভল্লোই। অহল থবা ওইবনা ওবা কায়বা তৌরবদি মুংশিদিদাক থুংনা লোইরগা মহি য়াস অমদা থুম য়াক্লা থাক্লা থকউ। লকু লকা থুংনা ওগ্রগা মহি তেলোৎ ১ থকচিন্‌। থাং য়াঙলেন হৈ য়াইহু। অচাথাক্তদা থুব য়াল্লগা হকচাংদা হৈজহনা লোইরন্‌।

নিংথমথা মী মাগল্লে, অঙ্গংবা থাঙবগী মা নথা মতমনি। অচাং অয়াখা মকি মাণদনা অঙ্গংবদা য়াম্না শায়বা পাখী। অচাং কি

